অকোঙবা :—নহারোল থোরিরোল সিঙ্গুপ : কাছাড়
লক্ষীপুর, আসাম।




মখুৎ য়েকপা ১সুং য়োক সাবা :—একুাব, লক্ষীপুর খুমন,
কাছাড়।
অহানবা খুৎনম :— ১৯৮২ ইং
লাইরিক নশীং :— ৭০০
হক পুন্নমক সিঙ্গুপকিনি।
মমল :—লুপা ৯.০০

নম্নম :—পদ্মা প্রিন্টার্স; পাওনা বাজার, ইম্ফাল।

## ৱাহৈ থরদং

হন্দক্তী ড্রামা লাইব্রিকসিনা সিল্লুপকী ওইনা পুথোকপা অনীস্থবা লাইব্রিক্নি। লমদমসিদা লিটরেচরগী ঈহৌগী য়াওল অমা লাক্লেদি হায়ববু অৱাৎপা কয়ামদি অস্থম্বক লৈরি। তসেংনমক ঐথোয়গী ইরক্তগী প্লেরাইট নত্রগা ড্রামাটিষ্ট মতীক চানা ঙসি ফাওবদা চোংথোরক্তি। হৌজিক হৌজিক অফোঙবা ড্রামা লাইব্রিক ২/৩ দগী হেন্না লৈত্রি। মতাং অসিদা অসিগুম্বা অৱাৎপা সক্ককসি মেনথৎপদা থরমথৈদি মতেং পাংগত্রা হায়বগী ৱাথলদা সিল্লুপ্না লাইব্রিকসিমমুক ফোঙদোকপগী থুদোং চাবত্থ লৌজবনি। সিল্লুপ্না পুথোকচরিবা লাইব্রিকসিগী অফ-ফত্তা পূম্নমক মীয়াম্না নৈনবিগনি।

ৱাফম অমনা অইবসিগীদি হন্দক্তীসিনা ইহান-হানবা থুইনি অত্থনা অৱাৎপা. অসোয়বা থরমথৈদি থেংনবা তাবনি অত্থবু নৈনত্থনা মীয়াম্না লাইব্রিকসিগী মসাদা লৈরিবা অসোয়বত্থ পুথোকপিরক্লবদি অইবশীস্ন পুক্লিং-লৌসিং ওইগনি নীংজৈ।

লাইব্রিকসিমা ফোঙনবা হোৎনবদা এডুকেসন ডিরেক্টরেৎ ইম্ফালনা সেলগী মতেং থর পীবিরকপগীদমকস্থ সিল্লুপকী মায়কৈদগী তৌবিমল থঙবা উৎচরি॥

লক্ষীপুর, কাছাড়
জনুৱারী ১, ১৯৮২ ইং।

ইঙুদম বীনোদ
জেনরেল সেক্রেটরী

অহানবা

# লম্বী-লমলোং

(ফুরিৎ থুকত্ত হেম্বনা চোনবা, পোক্লা ঙৌরবা, হদাংগী কোইনা থুদোল ০/৮ হেন্না সাংলবা, মথোং নাম থুকত্ত কাউবা য় উদবা হন্নুবা অমা চৈস্নুদা সৌহনা লেপ্লে পায়রক্লিবা মীতৈ ময়েক্লা ইব পেট্টারদো নাকলদা হৌরিবা উপাল অত্তুদ য়ানসিল্লি। উথোং অত্তুদা পোত্থাই। লাইরিক অমা পাম্বদগী তুমথখী। চীংলেন কেন্নবা ঙিজেন্দা হুই খোংহুন লাকই। পোট্টারদা য়েংঙি।)

চীংলেন — করম্বা ময়েকনি হান্নবগে অসিবু! করিবু হায়রিবা!!

(থৌসাদা পোট্টার তুওইননা লেপ্লগা লাইরিক মন্নুংদগী লেটার লৌথোকুনা পারকই।)

## (চিঠি মরোল)

সিট্টার শুনিত —

ঙসিদি অদোমগী কদ মতম কুইনদগী ইহৌরক্লবা ঐহাক্কী পুক্লিং ঈথিল অসি কোংদোকচরি।

অত্তুইঙ, অদোমনা স্কুল তম্লিংঙদগী হৌনা পুংলগী মরা মুঙাইগী কুয়া অমবু সাগৎলুই। ইতিক চাদে খল্লরোই মথল্লুই, অত্তুবু মপাল নাইদবা রাথলগী ঈপাক অসিদা নহাকপু মুংসিবনা থুমহৎলবা থম্মোয় অসিন, পুন্সি চুপ্পা থুজেং পালে ইননা চৎমিন্ননি লুরিবসি, অরেম্ব তাহৎলবস্নু নপাউ অমতংদদি তংহনবিরকউকো শুনি।

সক লোৎলিবা<br>—"প্রেমিক"—

( চিঠি খাউদা চিঠি হাপ্প-হাপ্প তুংহন্না য়েংলুবদা মহাক্না লাইব্রিরিদো লাক্লবগী মওংদা মায়থোং মকা ল মনা মকিময়োল সেম সারিবৈঙদা সুনিতা, সনাহনবী লাকই। সুনিতা লাইব্রিক অমা পায়রকই। অনিমক পোষ্টারদা য়েংঙি পাবা ওমদে )

চীংলেন— সিষ্টারথোয়সু মিতিন চৎপিগদৌবরা ?

সনা— অহোয় তামো।

চীংলেন— থোংহৌসি থেংবিরকএ্রদা ! (চীংলেন-সুনিতা মীৎচানৈ)

সনা— তামো, মিতিনগী মতমদি থোইদে ক্না—। ( ঘড়ি য়েংঙি )

চীংলেন— ইয়ে-স্— ( ঘড়ি য়েংলগা ) চপ চারি। সেয়ামকরিবসি চৎমিননিংলুরিবা ঐতগীনি।

সনা— করম্না তামো !

চীংলেন— অহুবুরাও—অ –, নত্তেদা ( সককম ওন্না )!

সুনিতা— হায়বিয়ু কৈদৌবগে !

চীংলেন— রাফমাস তোকখিসি, থুম্তে অহুম করি লাইব্রিকনও ?

সনা— অসিবু দি ড্রামানে।

সুনিতা— মানি, 'ঐনা নঙবু সুংসি' হায়রুনি।

চীংলেন— 'ঐ-না নঙ-বু সুং-সি' (সোম্বা ওইনা) আই ! ঐহ ক্না হংজবদি লাইব্রিকুগী মমিংগী য়ানি।

সনা— হাইমা—! ঐখোয়না থুমজরিবা অসিমু লাইব্রিকসিগী মমিংনি।

চীংলেন— ওঃ হো ! ঐদি য়াথল অম ওইনবু খল্লুয়ে ! ( ইকাই-খাঙনা ) নত্তে, মমিংবু য়াম্না মতাচানবু থোক্নি, অমুক্তা য়েংজগে !

সুনিতা— য়েংবিয়ু কৈদৌবগে। ( পীবদা মীৎ চানৈ )

চীংলেন— লময়ানবম সন্নৎচন্দ্রগীদো মানখোদা সিদি ! ( চেনা-হাংন )

সনা— অহোয়, তাবো শরৎচন্দ্রগীহুনি।

চৗংলেন— হোয়, খুৎই ওইনা লৈরিংঙদা পাজখরে, মিং ওঙ্খোক্লবনা খঙদবনি, য়াম্না ফজবনি। (লৈথহৌরগা চিঠিদো লোম্না লাইরিক মমুংদা হাপচিল্লি। সনা উহৌই, উসিন্নদে।)

সন— মহাক অসি তোপ-তোপ্পা মীওই অমনি। মহাকী প্রতিভা ঐখোয় লক্তা চাউখোকচনিঙাইনি।

চৗংলেন— অচুম্বনি। শরৎখোয়দি মীনা পুকচেল চাউই-পীকইতম্ সোম্নবি 'হুবু ঐখোয়গুম্বা কাসিদি, কন্নি হায়নবু হায়নবিরম-গদগে খঙত্রে!

সনা— তামোখোয়সু, আ— অসিরাই লৈকায়দা (সুনিয়োমদা) কৈ-কৈ হায়না সোম্নবনি।

চৗলেন— অওইবন্না সনাহনবী? নঙোন্দা হঙলক্লবদি!!

সুনিতা— খোয়াংবিরি 'হুমক খুম্বা ওমজনি হায়রিসিল্লুবা সনাহনবী।

চৗংলেন— মুঙাইজে, পাউখুমসি পেল্লে। (নোক্লা)

সনা— অদুদি মিতিন মফমসু য়ৌরবনিনা সুনিতা!

চৗংলেন— কনি, হানবিরম্লো, অদুগা লাইরিকসি অমুক্তা— (সুনিদা পি, সনান লৌদগী তৌই) ব্রায়োনগুসিকো।

সুনিতা— অদুগীবুদি ঐনা লৌরম্— মতাক্লা লৌরম্ কায়দেদা (লৌসিল্লি)

সনা— অদুদি, ঐ.খায় হানগৎলম্লে তাবো। (চৎখি)

চৗংলেন— কনি-কনি। (রেংহুনা লৈহৌই)

(তুংলোমদগী শরৎ চন্দ্রবা কিজোন্দা লাকই, পোটার রেংঙি পাথরকই)

"ঐখোয়না সিথরকপাদি মীগী খোঙ্গুল লীবদা।
ঐগী ইংখোলবু ঐনা সোম্নুদা।
হিংনবা খুনামদা হৌজিক্তি

ইসক খঙনা খোঙখাংসি—
হে— নহারোল, মতমগী য়ুম্বীরেল।”
লমজিংবা কনান থেংনম্লিবা—! (সোল্লি) খঙনিংঙ্গেদা!

চীংলেন— শরৎ!

সরৎ— আই চীংলেন!! (খুৎ সোক্কে)

চীংলেন— মুঙাইরবা ঐহাক্কী র'রী অমা লৈরে। নহাকপু ঙাইজররম্বনি।

শরৎ— ঐহক্কসু খঙনিংবা রাকম অমা লৈ, নহাকপু থিরকপনি।

চীংলেন+শরৎ— হা-হা-হা (নোকমিন্নৈ)

শরৎ— করে, নহাক্ক পাউ তম্বা হ'ল্লবনিনা; ঐ তারগে?

চীংলেন— আ— দ, চৎলিবা অনিসি কনা কনা মাম্বগে?

শরৎ— (য়েংলুরগা) সুনিতাগা-সনাহনবীগনি।

চীংলেন— মাল্লি! সনাহনবী অমদি ঐগী 'ধ্রুব তারা'গনি।

শরৎ— সনাহনবী, ধ্রুবতারা! (ঙল্লা)

চীংলেন — চৎসি লাকও— (মথুদাং পাল্লহনা চিংই) অসাইমথৈ ইতোমতা তরক-তরক ঙাম্মরম্বনা রা অমত্তা তং-তানা ঙাঙনবা ঙমহৌদে, হৌজিক্তি, ঐহাক্কী অখৌবা বীর— য়াউরবনিনা চিংনবা লৈত্রে। চৎসি লাকওসে মথোয়গী মনাক্তা (খোংথাং ১/২ চিংভি)

শরৎ— ঙাইখো, অমুক্তা ঙাইখো, নঙগী কিংগৎপন্থ তৌরকখিনু। নঙগী অহুদৈ হেল্লবা ঐগী ইখৌলাংবা রারী অদো হাম্না অমুক্তা ইপুক অসি পেন্না থক্রুখিসি।

চীংলেন— ঐহাক্কী অহুদৈ হেল্লবা! (ঙল্লা)

শরৎ— মাল্লি, অহেম্বনি, চৎসি লাকও— (মনমুক চিংভি) খোঙবু লৈতবগী রায়মদো, নহাক উবদা ঐহাক কল্লা মুঙাই খঙব্রা?

চীংলেন— ঐহোন্দগী অহেম্বা করম্বা র'রী! (চপ লেপনা)

শরৎ— সিদা ইরিবসিনিসে—! (পোষ্টার পায়) ইরমলিবসিগী

অর্থদা করম্বা য়ানিংদবা য়াউবগে! অসিমক্তি ঐনা খোজ্জ্ল
লিয়ক্লিবা, লা-ও —! চৎসি ঐখে য় ইমাগী লমন পিংলুখিসি।
চীংলেন— করিম্ন কায়দবদা, অয়েম্বদা নামৎ মাঙনবা।
শরৎ— অয়েম্বনি হায়বা! নহ'কী য়াথলসিদি— !
চীংলেন— অহুদি, মসা-মসাগী অপাম্বা মংলান অমমমদা তাঙনরবা।
শরৎ— পুক্সিগী অপাম্বা লম্বী! মমাই ওনসিংজ্রেদনা!
চীংলেন— মুংসি মহুংলাংগী মৈরাবীনি ঐ।
শরৎ— ইমাগী সেবাগী মৈরাবীনি ঐ।
চীংলেন— অহুদি, অপাম্বা লম্বীদা চৎনরসি। ( চৎপা হৌই )
শরৎ— চৎসিনরসি। অরাবা তায়বদা অমনা-অমগী মত্তেং পাংবসি।
চীংলেন— সোয়দনা পাংনসি। গুড্‌বাই ( চৎখি )
শরৎ— গুড্‌বাই! ( লেপ্তুনা লৈরবদগী পোটায়দা চঙসিন্দুনা
য়েংঙি। ) কনান, করম্বা ওর্গেনাইজেসন্না থেৎলক্লিবা— !
কৈ লোৎলু। থিগদবা ঐনা থিয়ক্লি, কয়াদি কুইমা লোৎ-
কনি। লোৎলু। ( চৎপা হৌই অহুবু হন্নকুনা উখোংদা
ভূম্বিবা অহনহুদা হংঙি )
—ইপু! ( ভাদে ) ইপু!!
ইপু— ক-না-নো— !
শরৎ— ইপু ঐহাক্লী। করিগুম্বা য়াকম অমত্তং হংজগে তৌবদি
য়ারৌবিন্নু।
ইপু— ইহুসিদি, করিগী য়ারৌরনি হায়গে হায়য়ু, করি হায়নিঙঙি
শরৎ— ইপু! ইপুনা পোখাবিরিবা উপালসিগী কোকতোদ্দা
থেৎলিবা পোটায় অসি কনান থেৎলম্বনো, ইপু খঙবিবরা?
ইপু— ও— অসিয়া! অসিদি কনান থেৎলম্লিবা!
শরৎ— ইপুমু খঙজে; অহুদি ঐ থিজরুথিগে, চৎলয়ে ইপু।
( খোংথাং ৩/৪ চৎপা হৌই )

ইপু— ( মুন্না য়েংলুরগা ) ন্নিপা মচা ইবুঙো! ঙাইখো লাউ।

( কোই। শরৎ হল্লকই )

শরৎ— করি ঙাকপিগদবা ইপু— !

ইপু— নহাক কনানো ? নমিংনা করি ?

শরৎ— ইপু ! ঐগী ইমিং শরৎচন্দ্র কৌজে। মীতৈমচানি।

ইপু— খোঙ্জুল অসি করিগী লীরকপনো— ?

শরৎ— অসেংবা ইপা-ইপুগী খুঙম ইরাংচনিবদগী, ঐনা ঐবু সকখঙজনিংদুনা লীজরকপনি। নত্তে, ইপুবু অসেংবা খঙবিহৌদবা মরা !

ইপু— খঙহৌই. ঐ মুন্না খঙহৌই। ( নোক্না )

শরৎ— খঙহৌই ! ( খংনা ) মহাক অহুবু কনানো হায়দোকপিরো।

ইপু— ( হৌগৎতুনা ) নহাক্কী মাঙদা লেপ্লিবা নিঙবা কায়রবা নপুনা থেৎপনি।

শরৎ— ইপুমক্না থেৎপিবা। অত্তদি থুরমজরি।

ইপু— উম্— ! য়েঙু নেসে— ( খুদোম্বী থিন্দুনা ) য়েংঙু—, আদ— ইমাগী সক্তম লৌদুনা সেগাইরবা কিমন মচা কয়া কয়াবু তেংথা-নাওইনা কৌরিবসি। নত্তে-নত্তে! ওয়রে, মল্লবা তাবুন্নংদা ইমানা নোকপনি হা-হা ( থাক্ক নোকই ) নত্তে-নত্তে, ওয়রে-ওয়রে, মচাসিংনা খৌওইবিদবগী চৈনান কপ্লি। কৌরে— নিংবা কায়না—, চাক্ক-চাক্ক ইমানা, তু— আদ ঐখোয়বু কৌরে। ( তুখি )

শরৎ— ইপু ! করি মতৌনো ইপু : ( চিংখৎলি )

ইপু— উম্, শরৎ ! ঐ করিন্থু তৌদে ( রান হৌগৎলি )

শরৎ— ইপু ! ইপুনা থেৎলম্লিবসি করিগীদমক্তনো ! খঙদদুনা হংজবনি রায়ৌবিন্থু।

ইপু— উম্ ! চাংয়েংগী লম্পাক্তা ঐঙবা অঙাওবা মমাতবু নিঙজবা

মৈতৈশচা কয়া খুৎসমনা চৎখিরনিঙবদগীনি। ঙসিদা নত্তে, হুর্থিৎ কয়ানি চুপ্না চাংয়েং অসি য়েংহনা লাক্লিবনি।

শরৎ— ইপুবু অঙাওবা সিঙদ।

ইপু — ইসে—! নহাক খঙলমত্রি। ঐখোয়সি চৎনরিবা খুনাইসিগী ম'রোল্ডা অচুম্বা তাল্লিবা খোংচৎতুনিনেহে।

শরৎ— করম্বানিনা ইপুবু!

ইপু — ইসে—! নহাকসে ভাব তাখিত্রে, য়ুমদাংবনা কৈনাখিবা ঙাংবঙৈবনা অচুম্বা সল্লিবা ঙসিগী খেংচৎনিনে।

শরৎ— ত ইওয়ঙবসিদগী ঐখোয় নহ'রোলনা খোইজেন লৈংজেন তিন্নবা থরাই হকচাং কখোক্রবদি?

ইপু— মদো হংহনা সায়রবগী করি কায়ে? উচিখোইনা সুমহৎএবা তিন্না নত্ত! হংবগী মতম হৌখ্রে। মাংলমচত্তা ইমাগী করি য়াংলয়গে— য়েঙউ— ইমাংদা পুয়-পুদিনগী ল'তমদা চিংঙু খোংনাংথাব, খেএ্রা অমদি লাজোল লুখোইনচীবা সিংথাবদা লোইবা নাইদনা লৈরি। চমুলত্তা প'হোইবী, খোইবী, লিহোইঙবীনচিংবা লৈরি।

শরৎ— অহোয় ইপু :

ইপু— মাংলমচত্তা মৈতৈগী হকচাংদ চেল্লম্বা 'ঈ' কমজিনখিবতনি, ঙসিসু চেল্লি।

শরৎ— ঙসি চোংথোয়ল্লি খুৎশমনা। খোনা কবা মচা কয়া কয়া ইমাগীদমক্তা মতমগী য়াওলদা য়াউবা ঙমবা।

ইপু— পেল্লে, নরাহে তাবদা ইপুনা পেল্লে। ইপু ব'ত্রে। ইমুনা ভৌরু খুদিংদা মুঙ'ই—য়াইকনব, ইপুগী চেৎন-চায়-থল্লিবা য়াইক লৈক্লাং পয়েং অসি সিন্নরবনি। (সিজিনবী)

শরৎ— ইপুগী থৌজান্নি (খুরুম্মি)

ইপু— চৎসি লাউ। হৌজিক্তি ইখোপাংখোক্রুরসি। অহুগা—

ইন্থুদি কয়ম্বা মওংদা থবক চখগনি ? হায়্যু ?

শরৎ— ওর্গেনাইজেসন অমা লিংখৎচগনি। কমিটি অসিনা 'ড্রামা

গী মতেং লৌছনা মথং-মথং চখজগনি।

ইপু— চংসিনগদবনি।

শরৎ— ওমজবা পিনবিয়ু ইপু।

ইপু— লেপ্পমক ওবা ওইয়ু। (মকোক্তগী নাম্থবি)

(মম্থু থোকখি, মপু য়েঙহনা লৈহৌই)

## অানিশুবা

## কা—অমা

( টেবিল, চেয়ার, বেঞ্চ থাম্লনখৈ। চৗংলেন, কৈরেন, শরৎ, খোকচাউ, সুনিতা, সনাহনবী কন্থুনা থম্মরি )

সনা— এজেন্দাগী মচুংহৈয়া থম্মরসি।

শরৎ— হৌরসি। এজেন্দাদ ইরি— 'কনবা লাইব্রেরি সান্নবা'

সনা— যুগকী অনৌবা ঈচেলবু সকথন্নবা ঐখোয়গী হৈসাগী খিতম য়েক্‌সি মুত্তিদা। মসি ঐগী মোৎ ন।

কৈরেন— ঐগী মোৎতি পেথেটিক য়াউবা, ঝা-ঝা নোকপা উদৌ-রিবা থুঙং অহৗগী মপুক্লিং পেল্লগা লোইরে। ভাবোকশিংগী মপুক্লিং পেলহনবনা লীলাগী মরুনি।

শরৎ— লাইব্রেরিকী মমিং অমত্তং হায়বিউ ? লীলা অহু উৎলগা কান্নগদৌবা মচাক অহুম।

কৈরেন— হায়জগে। ময়ামগীম মলা-মস.গী মোং অমমমতং কোংদোক্রবিখো।

সুস্মিতা— ঐহাকীদি মণিপুর মপানগী অনাবা লাইনা অসিদগী কন্নবা সনাহন্নবীনা হ'য়'বজিবা ঐখোয়গী ইসক উবা, মীৎসেন ওইবা লীলা অদো উৎচনিংঙি।

চৗংলেন— ঐহাকী মোংৎতি ঐখোয়না ভাকদৌরিব. "১৩ আগষ্ট" মুমিং অসিগা চান্নবা লীলা সান্নবা পামজৈ।

শরৎ— ঐখোয় মরুপ খোকচাউগী মোং অমত্তং— ?

খোকচাউ— ঐনা পামজবদি উৎকদৌরিবা লীলা অহু ভাবোকসিংনা উবদা হৌবদগী লোইবা কউবা, ঝা-ঝা পংনোক্না নোকপা

কুমৈহ অদো উৎচনিংঙি।

( ময়াম— রা— নোকই )

শরৎ— অমুক্তা ভাইবিখো ময়াম পুম্নমক! ঐহাক্কী রাখলদি হৌজিকী মতমদা লীলানা মাঙলোমদা চঙসিন্নরকপগী ভুংইন্না নোংপোক অমদি নোংচুপকী চাউখৎলবা অতৈ মকম শিং দা লীলানা সমাজবু চাউখৎ খোংথাংদা পুখৎলকপগুম মকমসিনী অচৌবা অমদি অয়েংবা অনিমক ভ্রান তাব মতমমক্নি। ঐখোয়না পুখৎলককম খোকপ্রা?

ময়াম— মাস্তি-মাস্তি। অদোমদা চংসিনকম খোকই।

( কৈরেন থুমদে )

শরৎ— অচুদি ময়ামনা পান্নরবা ঐখোয়গী লমদমসিগী সকতম য়েকপা পুস্তিগী মখোং সোমগদবা লীলা সান্নবদা লেপ্পরসি হায়রবু!

খোকচাউ— লেপ্পরসি লেপ্পরসি। মতুদা লেপ্পরসি।

কৈরেন— করি! ( সাউন খোকচাউ থংভি ) করমনা অহুগুম্বা লীলা সান্নগদৌরিবা? লীলাদা অনৌবা মথলগী খোংচৎ উৎলগা ঐখোয় সমজ হেক্তা নৌরপ্রা?

শরৎ— অমুক্তা ভাইবিখো; লীলানা ওন্নগা সমাজ অচু হেক্তা ওগ্লোই অচুবু খুদম ওইনা কাছাড়গী ‘ভিক্টিক লাইব্রেরী’ দা ইংলিশ, হিন্দি, বাংলানচীংবা অতৈ লোনগী লাইব্রিক থেংনবিরম-গনি। অচুবু ঐখোয় লোনগী লাইব্রিক্তি থেংনবীবগ্রা?

কৈরেন— থেংনদে।

শরৎ— থেংনদে, করিনা নোমদববা। মরম অসিনা অহৈ-হৈত', মীয়াম পুন্না খঙবগী থুদোংচাবা পাম্বৈদি লাইব্রিক্তা, লীলাদা কোংবদি চাংচৎ অমত্তগী পাউজেল্লোই ওই।

( ময়াম থবাক থুই )

কৈরেন— ওসিগী কুমহৈ য়েংবা লাকপিবা ভ'যোন্না লীলা হায়বসি সমাজগী মিংসেল্লি। লীলানা সমাজদা কগ্নি কোংলিবগে খনবিবগী মহুত্তা, ঐখোয় লীলা মুহাইবা য়েংবা লাকপনি খম্বা খুত্তা, ২ ছুগুবা অকবদা কনা চেন চোংহনস্থ কায়বা কংলোই।

শরৎ— ঐখোয়না মীয়ামদা কনবদা কনা চংসিনগ্রবদা নোংমা নত্রগা নোংমদি সোয়দনা মহৈ য়ানজয়কনি। মহুদি— ইংলিস কবি সেলীনা খাজখী— "ইফ উইন্টার কামস কেন স্প্রিং বি কার বিহাইন্" হায়বদি 'না কেম্বানা লাক্লবদা কদাইদনো য়েল্লিং খানা অমুক পশ্বনা লৈছোগদবা।'

চীংলেন— রাইট পোইন্ট। ঐখোয়না কনা হোৎনগ্রবদা মহুগী মহৈ অহুদি মতোমতা লাকচগনি।

সনা— অচুম্বামল্লি। লীলা হায়বসি মিংসেল্লি খঙনা য়েংবিবা, মিংসেল্লি খল্লা ইবিবা ভায়বদি ঐখোয়গী সাগৈ, নোংমা নত্রগা নোংমদি চাউখৎলবা মর্কম অতৈগুন্না ঐখোয়স্থ ওইরগনি।

সুনিতা— কল্লি উৎলিবনা খল্লা মীয়াম্না য়েংবা ভায়বদি সোয়দনা রাখল মহোন চোংগনি।

শরৎ— অহুনি, অহুনি হৌজিক্তা চাউখৎলবা নোংচুপলোমগী ব্যাকেট, ইবসেন্, সেক্সপিয়ার, বর্নশো রাইটারসিং অসিনা সমাজবু্ সকলোন অমদা পুরকখী।

সনা— লময়ানবা রাইটারসিংগী মখোনানা ওসিগী খোংচৎ অসি য়োগ্রবা অসিনি। (মরাম খুবাক খুই)

চীংলেন— কংলৈবাক লোমদস্থ শ্রীবীরেন, সমরেন্দ্র, তোংব্রানচিংবনা মথৎ-মথৎ চোংথোরজুনা 'লিগ্না মকু হুবগুব' পুন্সিগী সকতম ওল্লিক্ল।

কৈরেন— কায়রোই, (সাউনা) মকমসিগী পংয়েং য়েংলিবা ভাবোক্তা নখোয়না লাউনিংলিবা পুন্নমক্তা অবেম্বনি। মকম অসিনা

পাম্বদি পেখেটিকী ওইবা হুংদি-হুংওন্দা য়ং-য়ং হুডাইবা অছুনি। অছুনা লীলানা সমজগী অরাংপা। মেনখৎকনি খল্লিবদো মীয়ামগী মকমদদি 'মং-ত্রং' গুম্বনি।

সনা— পংলেন লেল্লিবা পূল্লিগী লাইনা অছুদগী কমনবা। অকবা লীলা থিরগা লীলান অংম্বমথৈ লাইয়েংসি।

কৈরেন— অছুগুবা উৎপনা হেক্কা ভাব তাররুদব নত্তে, মতম মংদা য়ৌরগা মতোমতা চাউখৎচররুনি।

চৌংলেন— 'হৈবোং মথাদা হিপ্পা কওন্' অছুতনা। মতম অদো ডাইহনা লৈগদবা ওই। নেম্বা লেপতবতনা থাংদা কাবা গুমখিবনি।

কৈরেন— কনা নোমছুনমু মকমসিদদি 'নুংদা ঈশিং চাইবা' ওইনা থোকনি।

শরৎ— পাউরৌসি য়ানিভিঙ "হোৎনররবদা মীওইবনা গুমদবা করি লৈবগে" জ্ঞান তাপে হ্যরবা মীনা তাবনি। তারোই হ্যরগা মীনা মীয়ামগী কত্তবা-যেরুবা ওইবনি।

কৈরেন— পুন্নমক্তো অয়েবা ওক্কনি। (হৌপত্তুনা টেবিলদা ফুই) অয়োইবা ওইনা ঐগী যোং অমতং—, ঐনা পামজবা লীলা মখল অসি উৎত্রবদি লীলা য়াউবদি থমবিখো, ওর্গেনাইজেসন অসিগী মেম্বর কাউবা ওইজররোই। ঐগী রাবু য়াবিররবদি লীলা কোংবদা অচংবা সেন পুন্নমক ঐগী ওইগনি।

শরৎ— সমাজ সংস্কারক ওইবা লীলা সারুত্রবদি কমিটিসি লিংখৎলুবগী মমল লৈত্তে।

কৈরেন— খওলে। 'মংদা মংত্রা তংখগী থবক্তা ঐ য়াউত্রে। (হৌপত্তুনা সাউনা চৎলুই, হল্লকুনা কাইলদা য়াউরিবা মিং কক্থৎলি) অসিগুম্বা কমিটিসিগী মেম্বর ওইদগী সরুক হৈনিং তম্বা লৈখিগে। থোকচাউ। চৎসি লাকও—।

খোকচ ও— কৈ, চৎলসি। (হোৌগৎলি)
শরৎ— তৌবিগনুদা মেধর অনিমক।
কৈরেন— 'সননা উরোক খোং লাব'গী থবকা য়াউগদবা লৈত্রে।
চাঁংলেন— য়াউবা নিংত্রগা য়ারেম ভাওবিবগী মহত্তা—!
কৈরেন— চৎকে ইনিং চৎলোই ইনিংবী। (সুনিরোমদা) সুনিতা!
নহাক লৈহৌখিগে হায়বরা?
সুনিতা— ঐভেন্দা করি খোকনৈ খন্নুনা হৌরকপনো। পুক্নিংগী অপাম্বা লম্বীদা, অপম্বা পিবগী মহুত্তা—!
কৈরেন— হা-হ-হা (নোকই) কৈ; নখোয় কাদয়দা অমদি মীয়ামদা লোইনা সিং-সিংবা য়ায়া তৌগনি। মকম মতম চাদনা নিপা নহাগা কমিয়বগী, ওইদবা থবকা অওইবা সাবগী; ইত্তিক খওহনগেদো।
সুনিতা— তা কৈরেন। সুনিতাগী থম্মোয় জয় তৌগদবা নত্তিক-নওান য়াৎলি।
শরৎ— খওলে। ঐ পুন্নমক খওলে। 'থুরকী ঈনা লাই সাব'গী থবক পায়খৎলিঙ্গবু কমিটিসিনা কয়ম্বা নত্তবদা থুং থাত্রবগে? অদুগা, সিমদি খওজিনবিখো— ঐখোয়না অকবা থবক সুবদা করিগুবদসু নিওহয়রোই।
কৈরেন— অয়োনবা ফিভমদা নোংকখিবা থবকসিং অদুগী মায়োক্তা চোংসিল্লবা মৈরাবী কৈরেন হিংলি হায়বসি থক কাউগনু।
(২মক সাউনা খোকখী)
চাঁংলন— নওগুমনসু! (সাউনা হৌগৎলি)
শরৎ— ভাইখো! লমদমসিগী হৈনম্রবা চাউখত্তবগী লীচৎ ওসুবগী মহুত্তা ইখোয়সি। (মথুদাং পায়হনা চাঁংথৈ)
চাঁংলেন— চুম্মি! কান্নদে, ভেনসিল্লসি। ঐনা পামজবদি— নোংরিসিগা চায়বা য়েংবদ', শরৎকী "ঐনা নওবু হুংসি" কৌবা

প্রেসিডেন্ট সেমগোক ফেমঙ্গন তৌরগা লাক্লিবা তাং ১৫ সিদগী হেক্কা হৌরসি হায়বনি!

ময়াম— য়াম্মে, য়াম্মা মতা চাম্মে। (শরৎনা রাম্রেপ ইসিল্লি)

সুনিতা— এঙ্গোগী রাংমদি ওইরে, ময়ামদা রা অমতং—

সনা— করম্বা রাকমনো থম্লগি কৈদৌবগে?

সুনিতা— পুলিস এস, অ'ই, ইবোবীনা কমিটিসিগী লীথুন লীরক্লি-বসি চিংনৈ।

চাংলেন— ঐ খঙজরে। মহ'ক ইমাগা পোকমিন্নবা মাম মক্লি। রাকম অহুগী মরমদা চাং অমা রারী সাজরে। সম্না হায়রগা ঐখোয়গী কিভম থগৎপা হেল্লনি।

শরৎ— চাংনবিঙ'ই লৈতে। ঐগম্ব ২/৩ রুক রারী সারে। ঐখোয়বু থাগৎলম্মি। 'লৈবাক্তী থনবা নোম্বদা লোইনা হয় উবা সরকারনি' হায়রম্মি। অহুগা লাক্লিবা তাং ২৫ দা ইপুগা কমিটিগী মুংগী পুন্সিগী মরমদা রারী সারগনি। ইরম খুদিং পায়থৎপদা মাই পাক্লনি। অহু ওসিগীদি মতাংসিদা লোইসিল্লসি হায়বনি!

ময়াম— লোইসিল্লসি, লোইসিল্লসি।

অহুমশুবা

## কাং — অমা

(ইপু ইবোবী মাগী সারি)

ইবোবী— করি মিং কৌই হ'ন্নবা ইপু— ?

ইপু— 'কাছাড় কলচরেল সোসাইটী'। (ইবোবী ডায়েরীদা ইসিল্লি) কমিটি অসিনা সরকারদগী মতেং লৌহনা কেরম অমা হাংলে। (হৌগত্তুনা) তু— আদ— লৈরিবা ডক্তরসংগা থওনবা যুম অসি কমিটিসিগীনি। থা ৪/৫ মুরে লিংখৎপা।

ইবোবী— থা ৪/৫ মুরে।

ইপু— ফোরম অসিদা ভুংসিল্লিবা সেন-থুম পুম্নমক থবক-থৌরমদা মপাং মপাং ওইনা সি'জন্নবনি। (পেপার পায়খত্তুনা) পেপার অসি 'মণ্ডান' কৌই। ওর্গেন ইজেসনসিগীনি।

ইবোবী— ও—, মণ্ডান পেপার। কাছাড়গী মন্নুং-মপান ফাউনা অমম্বু ঙালহনবা, ইপুগী 'আনোক' অসিগুম্বা !

ইপু— আঁ— আঁ— ঐগী আনোক অমম্বা কোকহনবা অসিগুম্বনি।

ইবোবী— সিল্লুপ অসিনা ঐখোয়গী সোথরিবা কন্নাসি সৌগৎনবা ঙাক্লৌ, ইপুদা, ইপুগী চৈন্নবা ঙাক্লৌ ওইবগুম্বা ?

ইপু— হো-হো, ঐগী চৈন্নু অসিগুম্বনি। (নোক্না)

ইবোবী— থেঙ্কস্ কিউ, শরৎ থেঙ্কস্ কিউ ! (ইসিল্লি) অহুপা কাছ'ড়— কলচরেল সোসাইটি অসি করম্না সন্দোকপগে ?

ইপু— খুদংগী ওইবা মকম কন্নাদা অমদি অরাপ্পদা করম্না সন্দোক্‌খিবনো য়েংসি—

ইবোবী— তাকপিয়ু ইপু।

ইপু— য়েঙ্গ্শুসে— ( অচৌবা মেপ অমা পুথোরকই। অচৌবা চার্ট অমা য়েকই। ময়াইদা পোইন্ট অমা লৈ। ক্রোস্ খুদিংদা পোইন্ট লৈ )

অসিনি চার্ট সিমক কমিটিসিগী হকচাংনি। ( পোইন্টা থিন্দুনা তাকই ) ক্রোস খুদিংদা লৈরিবা পোইন্টসি লমদম অমমম্দনি। অচৌবা পোইন্টকা ই পাউ হোনবা। মকম মকমচুগী মেম্বরনা লিং তৌবা। পুকচেল খোইজেন তিন্নবা কাংলোম খুদিং শান্নবা। থবক্তা সোসিয়েল ৱর্ক থওদে, কাম্বায় সানবা থওদে, মকমচুগী কিতম য়েংলগা মাংলে:মদা চংসিন্বা পান্দমনি।

ইবোবী— করম করম্বা লমদা হাংবিরমগে ?

ইপু— অনকপদগী পল্লম্রোই। তথেল, আসামগী গৌহাটি, হোজাই, অমদি ইম্ফালনচিংবদা— ।

ইবোবী— ( ইসিঙ্খি ) য়াম্না নুঙাইজরে। ইপু অমদি শরৎপু থাগজবা ওমদে। মীয়ামদা অনিগী লমন তোনসিল্লে। ময়ম'দ মচোই মচোই তাদনা লৈরকলিবা ঈ-পান্ড ফাউনখিজ্রবা লমদমসিগী পূন্সিবু পুনসিন্দুনা খুৎকন পাজলবগী খোংচৎ পুরক্লিবা অসি পুকচেল চাউরবা অনিগী থৌনা-লৌসিংতনি।

ইপু— অসি পুম্বা ইথোং নাম য়াউজ্রবা, থৈ নিক্লবা হমুরবা ঐনা নত্তে। লময়ানবদ শরৎচন্দ্রগী নোমজমনগী মহৈ শাক্তনি।

ইবোবী ফজৈ। মতমগী মুংসিত্তা হিংনবা ঐখোয়গী ভৌ:দয়াজ্রবা মাংলেন সরুগুমনি।

ইপু— অহুনি, অচুম্বনি। হি বদা মসিগুম্বা শুসিদি তঙাইফজ্রবনি

ইবোবী— চুম্নি, ঐসু সংস্থানসিগী মেম্বার অমা শুইজগে ?

ইপু— য়াউগে হায়বরা ! অহবু কমিটিগী অকুপ্পা মরোলদি-শরৎতা সিরৈ। মহাক্তা অমুক্তা উনবিসি।

ইবোবী— মাবু অমুক্তং উননিংবনি। থয়ানিসে উমবা মুকক্নং কংনরোইদ্র !

ইপু— থরনিসে মহাক য়ায়া চিন্নবনি। মপানগী সংস্থান কয়াদা চেন্নবদা ওইরিনি। অদুগা ড্রামা উৎনবা হোৎনরিবনিনা ঙৈহাক্তা কাউগা সংলম্লোই।

ইবোবী— ড্রামা ! ড্রামা'মুক করিগী ?

ইপু— কমিটিসিগী খোংচৎতুগী সক্তম উৎনবা।

ইবোবী— অরেম্বদা সেল তিংনবা—।

ইপু— চুম্মি। অদুবু সক্তমদো অমম্বদগী অঙাম্বদা পুখোক্রবদি কেংলিবা থাং অদু মথৌ হেনগৎলোইদ্রা ?

ইবোবী— চুম্মি, চুম্মি ইপু অদুদি উৎসনু। মুঙাইরে ইপু, অদু ঙসিদি চৎচরগে।

ইপু— করে, অদু ইপু ইন'ই মরক্তা রাত্রি সাদি হায়বা—

ইবোবী— সাসি ইপু, পংবাদু বাকলেজা ইপুবু,

ইপু— রাদেদা-রাদেদা মসি ঐগীদি ইথৌনি !

ইবোবী— অদুদি চৎচরে ইপু—! ( চৎখী )

ইপু— লেঙো-লেঙো।

( যেঙ্কনা লৈহৌই )

মরিস্থুবা

# লম্মী

( সুনিতা সনাহনবী ব্রির্য়াসলগী চংলি। ছাটিন, লাইব্রিক অময়ম পায়রি )

সনা— কৈদোরে সুনিতা! নহাকসি ওসিদি ওহোক্না শান্তি ওইনা উথরে। নম্তে, থেঙথে থরা করা চংসিবা ব্রির্য়াসলসি মকমসিদা ভৌরগা হল্লবা হায়হুরা ?

সুনিতা— চংলিমক্তদা।

সনা— করি মতৌনে', কয়ম্বা রাথলবু থনবিবনো ?

সুনি— ড্রামাসিগী ময়মদা থল্লম্বনি কৈদোরগে ?

সনা— ঐনা হায়দি মথোয়গী খোইমু খোইরবগী হায়নবিহুরা হ'য়র নি।

সুনিতা— কনাই খোইমুনো, হোরেল সোইদনবা, পর্ট নিংসিংলম্বনি।

সনা— সোইরয়োইএ, 'ঐনা নঙবু মুংসি' কৌবা লীলা সায়বদা সোইরয়োই, করিনা হ'য়ববু, মহাক্না টাকেন্দ্রগী লোননবী। টাকেন্দ্র সাবনা মহাক্না সারিবদবু, করিগী সোইক্লনি হ যংগে।

সুনিতা— তামো চৌংলেনগা কুম্মিনরগা সোইরোইদবগী ময়ম ?

সনা— ময়ম হায়ববু, থম্মোয় মুংদা লাংচরিবা মহাক্ন' লীলা কুম্লন্বু—

সুনিতা— হৈয়া—! ওকচরেদা সৈত, কদোমদগী থম্মে'য়গুঙদা লোৎপকা হায়দনা পুসিন্থরক্লিবা!

সনা— হোয়-হোয় নথোয়নিগী 'চাদনিয়-চখোম চাউ, য়েংদসিয়া— মীৎলাউবিগী' টেকটিস তো ঐবু থিৎ উজনিংত্রে

সুনিতা— সনাহনবী! নঙগীদো—, চুবদি চুম্মে, অহবু অয়েম্না

খঙত্রিবা মচাকী অসেংবা মোৎ অমত্তং খঙজনিংএদা—,

সনা— চুমদি-চুমলেদনা ; 'চৈ' সিনা থিল্লিবসি থোইমহ্মদনিকো —

সুনিতা— চুম্ম. খতদা তাবনা দাদান সাব তারম্নবদি।

সনা অদুগী বুদি তাংদাংবদো মোংমা খঙদোকসঙাইদনা।

সুনিত— থেংনরবদি ঙসিমক হেক্তা।

সনা— এঃ ; থুজিল্লকএদা। কৈ খঙদোকহৌসি ( কোইকৈ লৈদমা য়েংদুরগা ) এ-এঃ! মহাক, মহাক লাকপু লাকএ!

সুনিতা— হৈ! ( ঙকা ) অঙইবরা? ( কি-য়োল সেমজিল্লি )

সনা— হৈ— য! ( তন্দাননা ) ওইরমজে—,

সুনিতা— তজরে নঙসিমা।

সনা— য়েংচুনে মান্না! আ—দগী সুমু হায়বা উ পাম্বীসে।

সুনিতা— উম্—, মানগনি নঙদি ( ছাটীন খন্দোকহ )

সনা— মাল্লানে, ফুন্নিং অঙৌবকা লিত্তুনা লাকপা। এঃ! আই সুনিতা, লাকএনেহে, মাম্নি-মান্নি মহাক্কী সাইকেল থৌ-লাকইপোৎনি। অসেংবনি, 'অচংবা মীগী মরা ঙাঙনহু' নিঙবু নিঙলবদি ঈশ্বরনসু চানবি হায়বদো হেক থোকইদা!

( সুনিতা ছাটীন মরুমদগী লোম্না য়েঙঙি )

সুনিতা— সনাহনবী! বেল থিঙবা খোৎপকা তাদনা লম্বী পা-য়োইহসিন্না?

সনা— কৈ, থারোইহসি। ( খন্নাংননা চৎখিদৈ। চাওংলেন সাইকেল তোংহ্নলা লাকই। বেল থিঙঙী। অনি তাসিন্নদে )

চাওংলেম— কনা কনা ওইরবনো, আ—, লম্বীসে খজিক্তা।

( লৈপাক্তা লোহনা লেপ্পি )

সনা— ও— তাংবো ওইরে ( য়েংলুরগা ) লোম্নী! খঙজহৌজে।

চাওংলেন— হোইদা, এথোরগুমনা লাকপদা।

সুনিতা— মত্তে, থাকমদো সনাহনবী।

চীংলেন— অওটবরা—?
সুনিতা— তসেংবনি—।
চীংলেন— অসুম্বা ' করাম কুইনা য়'ন থাওহনা লায়-ল'য় লৈরম্বিনগে সুনি !
সুনিতা— সুনিং অদো নহাক্না খঙবে। কৈকনোদ লেগ্নিবী ঈসিং খোয়াংবনা শাউরবা মীওইদা অমুক ঈসিং উত্নুনা লম্বিবরা ?
চীংলেন— অসেংবনিকো ?
সুনিতা— অসেংবনি। কাউবিগনু নহাকী আশাগী লৈকোন্নুংহনা মতম কুইনদগী হাংগোলাংনা শাইজরক্লবী ঐনি।
চীংলেন— সুমকংলবা নহাকী য়াহৈ খরলি কররবু কাউসিগে ! মালেম অদি করিম্নু লৈখিবে, ভাইবগপাল হায়বদো অসিরা—। অয়া-অনান কদোমদা চংবে। য়েংলু-য়েংলু খুদিংদ লৈরম্মী—, নওগী সকতমতা।
( ভাজাসিদা সনা-চওসিল্লকই )
সনা— খুত্তাইরে। ঐনা নিওলবমক খুদে। সে—, অমুক্তা চওসিল্লকউ। ( খুৎসন্নহল্লি ) ভসিদগী ভাইবগ মপুনা নখোয় অনিগী তৎনা-থানদনবা পুল্লিদে। খোজানন্নিবসনু। লাকও—, লাকও, ঐ— হানগৎলল্লে। ( চংখি )
চীংলেন— অহুগা সুনি—! ভয়েৎনি পাখা থাংজ সুমিৎসে নখোয়গী হীদেম্না লৈরম্মু, হায়ববু কয়ি হায়গে।
সুনিতা— সোয়দনা শাইজরমগে অমুক পুং ১০ গী দোবাইদা।
চীংলেন— করে, য়ারী স য়ামনা খুত্তাইরি হায়ববু ( লৈদনা য়েংলগা ) মরুপ শরুৎখোই উপুগ, য়ামনা চিংনথানি মতাংসদা কায়নরসি !
সুনিতা— কনি।
চীংলেন— অহুদি সন'হনবী। খয়া হাল্লগে।
সনা— কনি ভাখো: কাউতদি কাউনহুসিকো।

চাংলেন— করিগী কাউরুনি হায়রবগে ( গাড়ীদা তোংথল্লা ) বাই—।
( চৎথি )

সুনিতা+সনা— বাই-বাই।

সুনিতা— নওসে হায়রম-তৌওমখে !

সনা— হোইবা ! নথোয়নিতা থিংসুত্তাইবা ওইরু। ( নোকথিরে )
( মতমখিদা কৈরেন, খোকচাও ডেবল বাইক লোংচনা লাকই।
লৈসাবিগী মাঙ্গা পাড়ো প্লিপ চত্তুনা ২মক থীনা চুই )

কৈরেন— চৎথিরম্লিদা পিট্টার অনিবু। ( চঙশিন্দুনা থৎলি ) বাকথ অমত্তা ভাবিখো কৈদোগে ?

খোকচাও— তৌমুদা-সনাহনবী ( সেকোনা হৌপত্তুনা )

কৈরেন— অওইবনি সুনিতা ! অয়েপ্পা অনস্ত খঙজনিংহুন !

সনা— করি বাকমনো তাকৈরেন ! ঐখোয় মতম থেংপ্রগনি

কৈরেন— ইন্দোন কুমতীদা চায়জখিবা বাকমদো, করি হায়রিবগে সুনিতা ?

সুনিতা— ইন্দোন কুমতীগী বাকমগা-ঐগা মরী লৈনদে। খনবিক্রবিবা বাথল অহু সেরায়রে, পোকমিরবা নচমক্লি খনাবরু।

কৈরেন— তৌবিগদ্দা। হুংসিরুবগী হায়জবনি। কৈরেন ঐসে মীচোন্দা হায়জবা হৈতবা মীওইনি। ( খোকচাউ না থাংপত্তুনা তাই )

সুনিতা— ওইখোজবা বাকমনি হায়রিব্রিদো।

কৈরেন— নিংথিনা হায়রিউদা খঙ্গবিহৌ—

সুনিতা— নোংপোকলোমদা খোক্লিবা হুমিংসিনা নোংচুপলোমদা খোক্লবা মতমদা থমসি। ( খোকচাউ ওল্লা লৈহনা খুদোখী থিজা )

কৈরেন— নওগী মাঙদা লেপ্লিবা ঐসি কৈরেনী কৈরেন ! ( থৎলি )

সুনিত.— মীসক থওনা মীমাংদা থৎপা মায়োই।

( থৎলিবা মথুং, সাউনা কপহনা মখোই চৎখী )

থোকচাও - কমদৌই ভাই! (করেমননা) পি-রা—

কৈরেন— ভাম্নসি, ভাব চাদে ভাই—! নঙ স ইকেল ইরকউ।
(ভাম্নবী)

থোকচাও— মোইরাংগী কোংরা:খা নোংবানগী সারোন মানখোলা
সৈত—!

(সাইকেল ইন্দুনা ইরবি)

মণ্ডাসুবা

## সুনিতাগী য়ুম

( ভরু-তাবা য়ুমনি । সুনিতাগী মপা পয়া সিরি। হিদাক হান্থুনা থমলে। ইমুং চণ্ডগে তৌই )

মৈপাক—অহে ম্! ইবেম্মা !

সুনিতা–করি হায়গে পাবুং !

মৈপাক–আঁ! নঙবু লাই থুম্বা হায়বদো চৎকদৌরিবরা ?

সুনিতা–অহোয় পাবুং।

মৈপাক—চৎমিয়গদবা মীবু লৈরম্রাউ ?

সুনিতা–হোয়, সনাহনবীখোয়গা চৎলুগে পাবুং ।

মৈপাক–করে-করে। অদু থণ্ডগে তৌবনি। চৎলো-চৎলো।

( সনাহনবী সনাবুন পায়দুনা লাকই )

সুনিতা– আই! ভুরেল কুমুরসিয়াউ ?

সনা– কুমুরসি, হোগে লাকপনি।

সুনিতা– অদুদি লৈরম্মু। ( চংখি )

মৈপাক– ইবেম্মা, সনাহনবী; ( হিদাকফু চিংন চিংনা )

সনা– করি হায়গে ইপান্ ?

মৈপাক– নখোয় অমি পূন্নিতৌদা মতাচারে, ইপন বা-হংগে পেংনা থুমুকো !

সন– অহোয় ইপন;

মৈপাক– মখোয়গী করি কমিটি হায়রে, মতুদা নখোয় অনিমু য়াউরি হায়সি চুরাউ ? ( মরৈ ভিংথে কুনা থাওতি সুনিতা

তাবৈ ) থমজ্রেনেসে, য়াউরম্বা তারে। করি কান্নবগে নখোয়
নিংথোলনা !

সনা— য়াউৈজ ইপন। খুম্নাসিপী খজিক কগৎকুত্রা খন্দুনা।

মৈপাক— সন হনবী ! মদুগুম্বা অহুদা তুমদ'-চাদমথৈ হোংনরিবসি ইপন্দি পামখিল্লেদা।

সুনিতা— ইসাবু ইসান সেমগৎচবনি পাবুং।

মৈপাক— তুমিন লৈয়্ ! ( সাউনা ) চৎনবী অমা ওইরবদি মা অমনি. অহেম্ব নন্তা ! নখোয় নিংথোল অমনি হায়রিস্লুবি ভাব তারবরা। ( হিল্লাক চিংতী ) ইপানা হায়রিসে নখোয় হল্লু। চৎলো চৎলো তুরেল কুমজকরো।

( মখোয় থোকখী। শরৎ লাকই )

শরৎ— ইপন।

মৈপাক— এঃ ( পল্লা সিরম্বদগী ) ইবুঙো করি থবকীনিবা ?

শরৎ— করিগুম্বা হীরম অমগী।

মৈপাক— ও— ! কিদাসিদা কম্মূ ইবুঙো।

শরৎ— য়'রে-য়ারে ইপন্ ( ফম্মি ) সে— অদুক্তা লৌসিনবিয়ু, লিংসিং জেরোজনি। ( চেলানম্লি )

মৈপাক— লিংসিং চে—!

শরৎ— অহোয়, ঐখোয় থুজংগী ওইবা "১৩ আগষ্ট" লিংসিং থুমিং তাকবা কোনফরেন্স অমা লাওজরি। মসিদা ইপনবুস্থ লেৎবিরক্কবা সিম্নাংবা কাংলুপনা শীজবিবা লিংসিং চেনি।

মৈপাক— ঐবু মীকয়ম্বা লাক্তই য়াহন্ডিবা !

শরৎ— হোয় ইপন— ! লেৎবিয়কবা য়াত্রবনি। নখোয় চৎচরগে।
(.থৌগৎল্লই.)

মৈপাক ওয়াইয়োনে, ইপন রা হংখিগে।

শরৎ— করি ত্তাকপিগদবা ?

মৈপাক— মখম অদুদা অহন কন'-কনাদি য়াওরি ?

শরৎ— য়াম্মি ইপন্! মপিংখুনগী হিগাইজম সেনবুং, খুরা রাখোক্, ইপন্ লংদাই, অরাংগী ইপু চক্রী, খোঙাকপম খুয়া খোল্লাউ— অজ্ঞ্যা সয়ৌ, অজ্ঞ্যা পুকনোইনচিংব লেঙবিরকনি। অয়ুক্তগী হৌজগনি। মুমিদংদা লৌলা থবক্তরি।

মৈপাক— ( খুৎ খেক্লুরগা ) ইসে—! ঐহাক মুমিৎসিদি য়াউবা ওমদবা ওরি।

শরৎ— করম্বা অচিম্বা লৈবিবনানো ইপন্—?

মৈপাক— থবক চিনথনু চিনবনি, নহাক্না থাজ্রিবা মতন থরা অদুনা য়াউবা মকমদা ঐখোয় কাংবু য়াউবা য়াদে।

শরৎ— করিগীনিনা ইপনবু ?

মৈপাক— হুঁ-হুক ! মখোয়গা ঐখোয়গা চঙনদে।

শরৎ— হ-হ— ( নোক্না ) ইপনগীসে আনীগী ভাব যাম্মি।

মৈপাক— আনী হায়রগা করিগী নোক্লিনোনে ইবো ?

শরৎ— আনীগী ভাবসে ঐখোয় নহারোলনা কয় পাংদে।

মৈপাক— আনীবা কৈরৌদনা ?

শরৎ অসিনিদা ইপন্। তাকচবদি নত্তে অতৈ লমগী চাউথৎপ্রবা সাগৈসিংগা চাংদমনরবদি ঐখোয়সি কয়াত হন্নরি; হন্নরিবসি অপুম্বগী লিচিং অমনা য়োকখৎত্রবদি মীতোপ কনা লাকুনা ঐখোয়গী পুন্সি সোগৎপিরগনি।

মৈপাক— ঐ ভাব তারে। নহাক অনৌবা লীংখৎলি হায়বা, করি হায়রে, কমিটিচুগী মেম্বর ওইরি, নত্রা ?

শরৎ— অহোয় ইপন্।

মৈপাক— চুমে, ঐখোয়গী হিগাইজম কৈরেম্না তমচুনা তারে। ইংনচীক্না লেঙরম্বা লমদমসিগী পুন্সিদা সোইনাইবা কাংলুপ অমা চোংথোকলকুনা কাম্মদথনা মী মাঙনবা কায়ন্ কুরি হায়সে

তারে। ওইদবনা অওইবা শাবনি। য়াওরম্নু ইবুংঙো।

শরৎ— ঐখোয়না ঐখোয়গী পুন্সি সেমগত্তুনা চাউখৎলবা শাগৈ অতৈগা থোং ময়না চৎনবা হোৎনজরবদি, তুংগী মীয়োলশিংনা মীয়ক তিনবা ঙমদনা সিজবা হায়বশিংরা ?

মৈপাক— খঙলে, কাপ্পরোই ইবুঙো। হৌজিক অসি অমনা ঙাঙবা অমনা তাদবা মতমনি। মখোয়না ফনা, চেন-চোংশিনম্নু "শাম্নু মথুন্দা পেনা থোংবনি।" ঐ নখোয়গীদো য়াউরবা ঙমলোই।

শরৎ — তৌবিগনু ইপন ! ইপনখোইগীদো "ওলাংথ'দা ওলাংলবা মীনা ইংননবা ঈশিংদা ঈরপ্পুরগা অশাবা মুংশাদা অমুক য়াইরে।"

মৈপাক— করি ! (থাং তাপ পায়থত্তুনা লাউই) মপা হনবা ঙাক্তা ঙায়রদনা।

শরৎ— মীগী মচিন-মনাউ, শাগৈ-মাতৈ চঙনহল্লিবা, মমাং তিররবনু সম্বল থানহন্দুনা মৈ থাগৎলিবা অনীহুবু কনানা অফবনি হায়দৌরিবনো ?

মৈপাক— অ-চচা—। মচোংপাক নাইদা সাররনা, নখোয় মঙায়রেনে অচৌবা চাউখৎপা পাম্লিবসি।

শরৎ— নায়োবিগনু ইপন ! (তপ্না) ঐখোয়গীদমক্তা থম্বিহনা লেংবিয়কউ, ইপা-ইপনগী কমকম চাউনা চাউনা থমজরি। নাহৈ কায়ন চনখিবা য়াউরবনু ঙাকশিন্নু, মচা অপঙবা চৎচরে।

(খোকথি—অহন, তঙ্ক-ঙঙ্ক য়েংহনা লৈহৌই)

# লম্বী

( কৈরেন য়ু ভাউনা লাকই। মী অমা ভাইরি। খোকচাউ হুইখোংহুনা লাকই )

খোকচাও— সোয়ঞ্জে ! সূকসোই সোয়ঞ্জে !

কৈরেন— করিবু ! ( হয়াউনা ) মখোয় লাকহৌবয়াউ ?

খোকচাও— লৈহৌরিবা মখোয়গী ফিভমদো সূকসোই-সোয়ঞ্জে। হুঁ-হুক—, মসিগী য়াসি তোকখিসি— ( মচীন পৈহুনা )

কৈরেন— করিগী ?

খোকচাও— খন্থোদ! আশাদো মঙদা-মংঞা ভানবা তারোইঞ্জা ?

কৈরেন— খঙলে, খোকচাউ নঙগী য়াদো ঐ লোইনা খঙলে। মুপী হায়সি নোংমদা কয়ারকনো মপুক ওল্লি, পঙথৈ হায়রিবনি, নঙ ভাজ্রাউ! য়াত্রিমথৈ হয়া-হয়া তরুগদবনি হে-ম্বা নঙসে নিপা মানখিজ্রেদা—।

খোকচাও— নিপা মানবউ! ভাপ্রম মথৈদা খুজিন্না সিরুই। ( নোকই )

কৈরেন— সোইবুম! নঙবু ভাউনে, পাউয়োদা— 'সায়বা কল্পগা ওইনম্মী' হায়বা অমা লৈবনিনে।

খোকচাও— 'ওইনম কল্পগা চৈ চাই' হায়বহ নঙদি ভাজ্রাউ ?

কৈরেন— হৈরে-হৈরে লৈরক পণ্ডিত্। মখোয়বু কৈদৌহৌরিবগে লাকখিরোইজ্রাউ—

খোকচাও— লাকখিরোই লাকখিরোই মখোয় অমগা অমগা চিলোক্‌-হৌরি।

কৈরেন— হ হ হ ( খোক্লা ) করিনু কায়দবা তৌজসারিসি, মখোয়গী মপাগী 'সে।' ঐখা প য়'রদবু, হে—ম্রা ( মসামুক্লা )

খোকচাও – 'সো'! মচাংনুপী মনিতাগীমু অয়োবা 'সো' লৈমারে ( চংসিন্না ) সোন্না-সোন্না হা'নহৌরিএ –, মচিনপা মচিনপা খেনেছুনা।

কৈরেন— অওইবমক্ল ?

খোকচাও— চিলোক্লহৌরিছুনা সাক্কী। হাঁ-হাঁ হাঁ—( নোকপা)

কৈরেন— মুত্তাইক্লেদা ভাই! করি উপাই তৌসিগে

খোকচাও— উপাই হায়বনু ইন্দোন্দা সেন্‌সে-জর্ জর্ পঙহৈত হৈখরবা। অহুদগী মনিখোয় লৈরক্তা পংকোয়রতা কোয়রবা।

কৈরেন— ওঃ হো—! কোয়মন্দুনা মখোয় লৈকাইনা ঐবু উবদা ভীল হৌনরবনিনেহৈ— ভীল হৌনরবা।

খোকচাও— অহুদি নঙসিদি অতিয়াগী মাইরোং থাজনা ওইকঙম মখোয় লৈকাইগী নঙনা মাইরোং ওইরেদনা— মাইরোং।

কৈরেন— মাইরোংদা — মাইরোংদা ওইনিঙবা ওইজসনু মহাকনা মায়গা লোইয়ে।

খোকচাও— করেনে, করিগুম্বা মনিতানা ওসিনু অমুকা মাত্রবদি ক'মদৌব ? চক্-ইরান ভেংখোকপগুম ভেংখোকপিরক্‌উ।

কৈরেন— ঈচাউদা-তাউয়কপা কাউসিংওয়া জি-জি তাউথরিরকে। অওইবামক্লি ; নিঙথিনা হায়বদা মাত্রবদি ওসিমক হেক্তা মথুদাং লাক্কুনা চৌংলেদনা ( খোকচাউগী খুং, চি ছি )

খোকচাও— ওসিমক হেক্তা! মুদুবা অদো মাউয়ক্লঁবদি ?

কৈরেন— ঐগী বাদা লোইমং সিংখোং ওইরিবা অহুনি হান্না ( কিন্নুংদগী থাং সত্নুনা ) হায়বা ইত্রবদি থাং অসিগী মরাদা বনিদামনী। ( সাউনা )

খোকচাও— তৌহ্নদা, নুপীমচা অমত্নীমবজন্।

কৈরেন— করেম-কথাইরম্ব, ঐগী ইতৌ মন্ডনা খঙলিছনি। থাং অসি চিকুনা রাসকলিবসিনি। (থাং চিক্কা) ওজ্রগনা কৈরেনগী ওক অসি থ'ং অসিগী ময়দা কংকলৌহিনবনি। (সাউনা)।

খোকচাও—মক্কথা অহৌরিবদি, মরূপকীদমক্তা ঐস্ম লেপ্লে। মরূপা সিবা মতমদ ঐস্ম। (খোরাই তান) তৌবতবু থারিমথৈ সিদনবা তৌসিহৈ—হুঁ হুঁ (নোকপা)।

কৈরেন— অদুগা ভাই! লৌত্রিকাউব, মখোয়গী অচেংবা থিবা তাই।

খোকচাও— অহুনি, ওসি মওং চাত্রে, হয়েং লীলা হুমিৎকী র কমদো।

কৈরেন— লীলা থুবগাইবা, চেক্কৈ'রকপদা হুনিতা কাবা, শোয়বা রাত্রবনি।

খোকচাও—সোইত্রে-সোইত্রে, হুনিতা কৈরেনগী সোইত্রে। (লাউনা)

কৈরেন— থরখিবা প্রান পুয়মক সোইবা য়াদে। সামু, স'তৌ নোংবান খোয়হুবু করি হায়রিবগে?

খোকচাও— মখোয়গী য়াদি কংসন থুগাইবাদ পেনাওবনি হ'ররি। তৌবত্তবু—

কৈরেন— করি হ য়নরিব', মথা চৎথরকউদা—

খোকচাও—করি ওইনি সেন—সেননিএ। সিসিং মঙাযুক পাম্মি হায়রি।

কৈরেন— থবরবু সকসেস, ওইরবদি সিসিং মঙাতা নত্তে হ'ররমগ্রা?

খোকচাও— হায়রম্মি। ঐগোয়গী নিঙবসিতা থু'হনু মঙ ওয়ানত্তে, সিসিং তরা পিখোক্তে হায়রম্মী। অসিরা সী[illegible]গা কৈরেনথে য়গী মুমগী চিন করুবমু ককনি হায়রম্মি।

কৈরেন— খেক্ক কিউ। অহু নিদনা খুংতো লমুক্তা। (শোকৈ)

খোকচাও—মখোয়গীদমক্তা চিংনকরম্ম। নহৌগী খোকচাউ ঐ কৈলিত্রে।

কৈরেন — করে, হাম্না মুজাইরে, থম্মে'ইগী খোকচাউ!

খোকচাও— তুহনি হুড়াইরে, অহুবু নহাক্রা পাযজবী তুনিতা অসিগী কমবব্ হৈাজনো ?

কৈরেন— হংলকল ! ঐগী তুনিতাগী বা –

( ঈশৈ )— হওলকু—

মাগী থাজবু ওমজবি সমক্রনা
তম্নাল মাখি চিনবান্দা  ( খুদোম্বী থিন্দুনা )
খোইরুম যোযোন তম্বা,
ইখৌলাংলে থম্মোইনা
ইখৌলাংলে-ইখৌলাংলে ।
হওলকু
খোইনৌগী বা,
তৌরোক তৌবা
থম্মোবু ওমজবা
পুম্নুম ও রকপা পাম্বোমদা
অমুক পাংজবা কংলবদি (খোকচাও একটিং তৌই)
নিওজরুবগী মহৈ য়াম্লে ।
চাকংদা-চাকই –
মীৎচৌগী তেক্লাথক্তা
সমদাংগী ম থেক্লা
ছায়দেৎ-নে মখেৎ
খুৎহং-হোংরক্লে
খোর য় মপ ন খোকপ্রে
মাগী হৈনা তুংগলে
তাইবিখো পান্দুবী
নবুঙ লাক্লে

স্লো মোশন্দা ( Slow motion ) পাইবক্তর মোংথাং ৫/১০
চাউকান চাউক'ন কান্দুনা কোইনা কোইনা লৈহনা চংলি )

থোকচাও— হাই ! চানবগী মনিতাগী প্রেত মূর্তিনা মাপী থৌবার
মিরেন পুথবোই, চাননা তাউরেনে, আই আই—! লোগী!
ওররে ! ঐহ মরণকী ফুংইরা হৈনা-ভেচো হৈনা-ভেচো ভৌররে ।
( হৈবোই-হৈভবোই মান্নু পাই ২'৩ লপ মাউবোরি )

তরেৎসুবা

## কা অমা

( শরৎ- ইপু খিরাসেল ভৌরি )

ইপু— রেডী তৌরে।। অমুকা হনসি, মকোক্তগী পাথরক্লগে।

মমুংদগী— রেডী।

ইপু— ভারোকো! অসিবা অমা কাইদা হাপ্তুনা পুরি। চহি ২০/২৫ রোম সুরবা নহা ৪ থক্লা।

মমুংদগী— ও—! ( কৌবা ) কনা কনা ওইরবনো? ( থোরকই ) অহন্ পোক্লা ভৌরে, মপুক কংডি। আনোক ত্তম্পি। চৈন্নু, লাইরিক মাউই )

ইপু— অভা ৪ ভাদবা।

ইপন্— ইবুঙোথোই অমুক্তা ভাইখো, করিগুম্বা অমত্তা হংহৌগে? ভাইহাক্তনি ভাইহাক্তা! ও— নখোয় মরিবুনিএ—।

ইপু— নহা ৪ চপ চেপ্পে।

ইপন্— ভাইখো! ( য়েংলগা ) সুরচন্দ্র নমনে নত্তবু!

ইপু— মাখা য়ৌজি। ভাইখো। খোম্বোকরাংলি। নসা নোমজৌবা য়ৌদে। অমুক হল্লা তৌসি। ( অমুক হল্লি ) মথা অমুক চথরসি—

সুরচন্দ্র খুমলক্লগে—।

মাগ্নি ইপন্ পণ্ডিত, ঐ সুরচন্দ্রনি। কৌবিথিবদো ঐখোয়বুমা

ইপন্— মাগ্নিএ—! নত্তে, ঐবু তাব অমা চোইরবরা? ( আনোক লৌথোক্লা ) নখোর পুররিবহবু অসিবা নত্রনে সুরচন্দ্র!

ইপু— অহো! ইপন, অসিবনি।

ইপন্— নখোয়গী সোরাইসি মওং অমনি। পুং মাংগং অহন-লমন অমত্তা য়াউদবসিদি।

ইপু— মকমসিগী চংনবীনি ইপন্!

ইপন্— চংনবা! অং! চংনবী অমনা খুন্নাই মাংহল্লি, চংনবী অমনা খুন্নাই অমবু মী ওইহল্লি। চুম্মি। অদুদি সিরিবসি কনানো হা?

ইপু— ইপন্ ঐদি খণ্ডজদে।

ইপন্— করি? খণ্ডদেও করম্নদি পুরক্লিবা?

ইপু ঐদি চুম্নতা কোলা চাবা ফংনবা পুজরকপনি?

ইপন্— কোলা চাবা ফংনবা চুম্না পুরকপা— হঁ-হাঁ-হাঁ (নোকপা) করি রানোনেহে অঙাউবসিদি

ইপু— ভাইখো শরৎ! নঙগীসে অসিবসিনা মিন তৌরিবসে লমদম সিগী পুন্সি খুংলেনদ য়েংলগা ইবা ড্রামা নত্রে?

শরৎ— মানি ইপু! মকমসিগী খুন্নাই অমদা য়ুমফম ওইরগা ইজবনি।

ইপু— য়াম্না ফজে! লাইরিকী মমিং 'ঐনা নঙবু মুংশি' কৌবা! ইমা লৈবাক্তা য়েংলগা থেংবসি রারী লৌখুনশিগা য়ামনা চানৈ। অহানবা সিন্দা ফজরি সিদগী লে ইরমদ ইনমুক হেন্না মহাউ লৈ। ফরে, মথা চংথরসি, ঐ পাথরক্রে—থংনবদা হংলো।

ইপন— নিপামচা নহাক্তী কনানো? মিংনা কারি?

ইপু— ইপন পণ্ডিত! ঐহাক তামো শুরচন্দ্রগী ওসুবা অতে বা মনাউনি। ঐহাকী ইমিং টিকেন্দ্র কৌজে।

ইপন অদুদি টিকেন্দ্র! অসিবা মীওইসি কনানো?

ইপু— ঐখোয়না পুজরক্লিবা অসিবসি নচা মরিমক্‌, মশক খণ্ডজদে।

ইপন— খণ্ডদে! হুঁ হুঁ-হুঁ (নোকপা) খণ্ডবা মক্লিকো।

ইপু— পাংকদবা মরি।

ইপন— অতকপনি অতকপা হাঁ হঁ-হাঁ। করে, করিগী পুরকপা য়াউকবনে'।

ইপু— ইপন। দক্ষিন' ফংগনিগী আশাদা চেক্কা পুজরকপনি।

ইপন— কবি! (মসা লক্-থক্-কা) দক্ষিনাগী অশাদি ত্তৈবা হৈ। অত্তগা নবে'দা থো'ত্নুবা পুরিব' অসিবাসিদি ঐরা-মা'রা পাংগ্লিতব পেক্কেনে। নত্তেনৈহৈ, অসিবা নগোর অসিব মকমসিগী মতম'সগী নহারোল লৈগী-গো' হায়বত্নাকা।

ইপু— ইপন হায়বিত্ত'ত্তম্না, ঐখো'য় সা'গৈসে হান্নদি য়াম্না চাউ-ংসম্মি হায়ৈন।

ইপন— চুম্মিনে, থাইনতৈভদদি নখোয়গী সাগৈ কাংলম খুংসে মবম খুদিংদা লৈবাকনা সে'মরম্লিবনি, মুক্তনাদা, কাংলৈজদা, থংদা জগোইদা অত্তবু নখোয়গী ঙকিগী মতৌ অসিগা ওন্থোকনা ওন্নরে। থুদমনি ঙসি তৌরক্লিবসি অসিংবনি হায়সিন্নাউ— অসিবনি হায়গত্রাউ! চৎলো-চৎলো, থগুলে চৎলো।

ইপু— অসিবদা পুত্তনা থোকত্রে। অয়োইবগী মঙগী ডাইলোগতু হায়রো ?

ইপন— (ফোলহৌই) পৃথিবংগী থোঙচৎসি নোংমা নোংমগী ওল্লক্লি। অত্তবু লুইদা নখোয় খুংসে— 'থোক্রম অমগা চৌকেম্নায় অমগা ওন্নব'গী য়াথন্দুনগী মচা ইলোং লেঙব্রি। মকমসিদা নখোয়না হিংগদবসি লুইদ.'।

নিপানম্বুবা

## তুরেল তোবর্বান

( সুনিতা বালটিন অমদা চেংখিলুপ্লি। ফি মতেক অমা ইল্লি। চীংলেন্না রাংমদগী ঈসৈ সন্নকই )

( ঈসৈ )—

হো—
চেংহি সম্বাল লাওলিবী
তংল্লেংনি পানবৈ থাজ ও
অল্লাংবা প'মেলদ সাংপী-ও
নওগী-মুংসি চৈনোনা
ঙাউরবা ঐগী পুম্সিনা
হেকসি হেকওমদা
রান— লেল্লিবসি
নওগী পাউথুমনা
পেলহল্লোবা পামুব্দি-ও
হো—

( চীংলেনগী ঈসৈদা সুনিতা সুমহৎখি। বালটিন্দা য়েংঙুদনা চেংহি লুবনা মথুং অদো লৈপাক্তা হেক-হেক খোৎলুই। ঈসৈ থম্মি সুনিনা )

( ঈসৈ )

হো—
বসন্ত কুমলেন্না চঙকদা
কোকিলগী মিরবা খোঙ্গাংদা

তাইবঙ পুক্লিং স্নহংপিরে।
পোক্লদরে — থরাই চেক্লা
লৈওমদরে ইদোম ভরুক
হাওলবা পাখেল উসাদা
নওবু তাইবদা
লৈতাদরে থম্মোইসে।

মমুংদগী চীংলেন— চেংহিবু থক্তিকা। লুবা ফংখিব্রাউ
স্নুনিতা— লৈজরিএ বালটিন থগ্না।
মমুংদগী চী লেন— অওইবরাউ চান্নবী!
স্নুনিতা— অসেংবনি, থম্মোয়গী মণি।
মমুংদগী চীংলেন— অদুদি লাংহো‍রক্লগে?
স্নুনিতা— অমুক চাউবা তুংরেলসিদা লানবিরকপবু ওমবিগব্রাউ!
মমুংদগী চীংলেন— নমুং লাংগীদমক্তদি ওমনিএ।
স্নুনিতা— অদুদি, চাং য়েংজরগে?
মমুংদগী চীং— ও, কে। (জম চোংথৈ মখোল তাই)
স্নুনিতা— হৈমা! (ওকনা কোইরেং য়েংদুনা স্নুংসাখিনা হোৌগৎলি। খাওমদা মখুৎ মসা থেক্ই। পাথৎনা য়েংবৈ) সে! অসিনা তৈথোকপিয়।

(থোরকই, খুদৈ পী)

চীংলেন— য়রে, তৈথোক্ত্রবসু য়ারে। (নুংসা মপি কি-কি হোক্লা)
স্নুনিতা— তৈথোকপিয়ুবা সে!
চীংলেন— য়ারে। (দৌই-তৈথোকই)
স্নুনিতা— নুবসি, ঐনা হাজরগে।
চীংলেন— হাক্লসমু, লৈবু লৈরিব্রাউ?
স্নুনিতা— লৈজরি সে! (পি)
চীংলেন— নুরসি, লাকউ (কমথৈ)

সুনিতা— ঐ লুজররোইয়ে

চীংলেন— য়ারোইসে। ( মখুদাং পাইহুনা চিংসিল্লি )

সুনিতা— হায়মা ! ( য়াল্লি ) মীনা উগ্রগা ! ( য়াদবনা লুমিন্নৈ )
অচোৎপা ফিবু সেজ্জুনা লৈকায়সি লাম্দুনা। য়ুমদা

চীংলেন— অচুম্বীবুরাউ ! নম্বুংলাংগীদমক্তদি চোৎলবনু অকংবা লাপ-
লবনু নকইএ।

সুনিতা— থওজয়ে, চিনবাক্সদা মুংসিংলবনি।

চীংলেন— অওইবা, খোয়াইগী খোয়াই নঙবু ! নঙবুনি ঐনা
চিংনরিবদি—

সুনিতা— নহাকপুনা কেন্না চিংনজৈ। পুকচেল লেপ্তবা নিপা
ওইবগী হৌনবা ( হৌগৎকে ভৌই )

চীংলেন— শুন্নয়ে ! ঐবুদি তসেংনা থাজো-ও ( মখুদাং য়ান্দুনা )
( ঈসৈ ) নঃসে ঐগী খোয়াইনি

সুনিতা— ( ঈসৈ ) ঐসে নঙগী হকচাংনি

চীংলেন — ( ঈসৈ ) লৈপুনগী লৈকোম্বা
চৎলসিনে মুংসিবী।

সুনিতা—( ঈসৈ ) মুঙাইবা তাইবঙদা
লমজিংবিয়োনে পামুবা।

চীংলেন— মুংসিদ্রা মাইথোংসে— (মমাইদা তায়ক্রিবা সম খোমগুলই)

সুনিতা— খিৎ ভৌবিয়কনু— ( খুৎ ইনখোকই )

চীংলেন— ( খুৎমা মাটদা সোকে তান্নবা —ঈসৈ )
নঙগী অয়াল মনবি চিনথায়া
মোমোম ঙিনোক তম্বদি
ঐবু লরুহুনা
ঐবু য় হন্দুনা
চাকহুমগে খোয়াংবনি।

সুনিতা— ওই— ঃ কৈস্নু নচে।

(ঈশৈ) নওভনা ঐবু রাহনবনি
নওগী হুংসি চৈবা থাঙবদা
ঐদি অঙাউবী ওইরবিনি।
করম্বা মংমদা
নখোঙ থম্বাল
সেবা কংগবা—

চাংলেন— অহুদি, হৌজিকমক চংলসিদনা

সুনিতা— হৌজিকমক্তি মতম চানবা মেলৈ লাংবা মাপ্পি।

চাংলেন— ফরেবে, ভুবন বারুণী থুরম্বা চংপগী বাকমতুম্ লৌসিত্তা লৌসান্ তম্বা তাহল্লোনে।

সুনিতা— কদোমদগী কদোমদা পুবিগ্রিবা বাকমনো। বারুণী থুরম্বা অহুবুদি সোয়দ্রে। অহুদা— (সককক হঞ্জিল্লা) সনাহনবী য়াউরোইদৌরি।

চাংলেন— করিগী চংলোইদৌরিবা!

সুনিতা— বারুণী মমাং ১১ নি কোনবা নুমিত্তা মখোর মুম কোংবগী মুমিং তমগ্রে—।

চাংলেন— মুম হোংবগী মুমিং তমগ্রে। ওঙ্খোকপনি। করি লমদা?

সুনিতা— মণিপুরদা। চংত্রিঙৈদা তামো শরৎকী অরেম্না অমা থঙনিংবা তৌই।

চাংলেন— অহুদা সুনি। খ্বাইগা মনুমদবা শরৎকী মতৌহুনি, ‘মুবু রারী সাগে।

সুনিতা— অঙ্গনি। য়াবিরে ফত্রে, য়াবিদ্রে কমদৌনি, অহুবু অমুক্তদি হায়জসি (তাঙাসিদা ইবোবী লাকই। উবদা ইকাইনা চংনখি)

ইবোবী— ঐনা মঙবু সেন থুজোক ছৈদ্রেমা লাইরিক তমহনবগী মহৈদো অঁদি ওইরেকৌ। (থাংবা রেংথি।)

মাপনসুবা

## ফংসন

( চৌংলেন মাইক্রোফোন মনাক্তা লেপ্লুবা য়া ঙাংলি )

চৌংলেন— ঙসিগী ১৩ আগষ্টকী ওবজার্বেসন হুমিং অসিদা তিনবি-রিবাসিংগী মকমদা অমুক্ত হন্না য়াহৈ ১/২ ভং নিংসিংজরি। মথাম পুম্নমক য়াম্না য়ানা থাওবিরে, ঙাইহাক্তংগা য়াবিনবা ঐখোয়গী সিল্লাং কাংলুপকী মাইকৈদগী ঐহাক্না নোমুকচরি। অহাম্বা মতমদা লময়ানবম শরৎচন্দ্রদগী "ঙসগী ঐখোয়গী পুন্সি-মরেল" গী মরমদা য়াহৈ ৫/১০ তাবিরগা সোয়দনা লাম্হোকচরগনি। য়াইটর শরৎচন্দ্র মসামক্না হেয়োগী পার্ট লৌবিহনা কুঁম্ববনি। সোয়দনা উবিবা ফংবিরনি— কনাদা কনানা মুংসিরিবা—। ( চৌংলেন চৎখি, শরৎ লেপলে )

শরৎ— ঙসি তিনবিরিবা মীয়ামগী মকমদা তোল্লবনা নোমুকা খুরুমজরি। পঙলবনা হৈত-হৈতনা ফেংদাকনিংলবগী মরমদি— "ঙসিগী ঐখোয়গী পুন্সি-মরেল" অসি মলেমদা অয়াংবা থাক্তা লৈরবা অংতাপ্পা জাতিসিংগী তায়রা তায়বদি ঐখোইগী হক, ঐখোয়গী কীভম মসক খত্তনা-খোংলৈ য়াওনা চঙসিন্নব য়াত্রবনি।

ঙসিগী মালেমসিদা ঐখোয়না ইসাগী হক্ লঙখোক্তুনা অতোপ্পা জাতিগী হক পুম্নমকী মকমদা লোত্তুনা লেপ্লি হ য়বসি খল্লা মখৈদি চুম্লবা য়াকমনি। মসিনা ঐখোয়গী কিতম নেংমা নোংমাগী ফংচিল্লকবনি হায়বদি চুমকম থোকপ্রা— ? অতেপ্পনা ঐগীদমক থনবিব', ঐ ইসানা ঐগীদমক থজবগা কৈদৌগুম্বা

মায়রোই। অচুনা ঐখোয়স্থ ঐখোয় মণীদমক খল্লসি, মীশী তুংইবগী রাখল থাদোক্লসি। মীভৈনা ঐখোয়বু হন্থনা য়েংলিবা মীংয়েং অসি কন্নাম কুইনা থাগখিনিগে। মালেমসিদা ঐখোয়স্থ হিংবগী রাইট লৈত্রবরা? হিংলিবা জাতি খুদিংমক্না মাগী মাগী জাতিনা মকোক থোংনবা চউখৎনবগী লমজেন তাররি। মসিগী ওয়া-তৈনবদা ঐখোয়ন নিংতাইদনা লৈরক্লি। ইসানা ইসাবু কাউথোকপগুম তৌরক্লি। ইসাগী ইতিহাস সাহিত্য, কলচর, লমচিং তুমিংপু মতম লাক্লগা চাউখৎলকখিনি থল্লোকুনা অবাবনা মুত্তাই সহনা কমচুনা লৈথোকপনা চুমগদ্রা? খল্লচুনা য়েংসি—, ওসি ঐখোয়গী মাগদা খুজ'ই অত্তৎপা অমমম পায়চুনা লাকখিবা মীওই কাগলুপশিংনা করম্বা মহৈ সিজিন্নচুনা ঐখোয়গী মাগদা মত্তৌ করমনা দলান সাবা ওমখিবনো হায়বসি খিজিন্দুনা ঐখোয় হৌজিক অপুম্বগী লিচিংনা মাংলোমদা চত্তসিম্বা মতম য়ৌরে। ঐখোয় ঐখোয়গী ইতিং ফুদোকুনা লাউরসি— মায়বগী খোল্লাও— হৌরসি, হৌগৎলসি-হৌগৎলসি। (লাউই, তাঙসিদা মপাল্লগীস্থ লাউরকই রা-রা)

মপাল্লগী— হৌরসি হৌরসি হৌরসি (চেক্কুম-মুংচুম ষ্টেজ তম্না লংসিল্লকই)

শরৎ - ই-মা! (শরৎকী লাইবক্তা পাল্লি। মসা অত্তৈদস্থ। 'ঊ' অয়-অয় হাথে। য়াম্বচুনা তাখি। ময়াম চেনসিন্দুনা লাইকয়ে)

ময়াম—তাক্তর, তাক্তরদা পুরসি। (পুথি)

খয়না— কনা কনানো থিউ হৈ, মথম্বাই লৌ, ফাচুনা পুরকউ (পুমনিল নিল্লি) মিনিট ২/৩ কম্বাক্ পুমহাং হাংব তাচুনা

লৈ লাইট অমুক মম অমুক ঙান অসংবা অঙাংবা তোয়না তৌই )

চীংলেন— তিনবিরবা ইচিন-ইনাউ লাই-গুরুসিংগী মকমদা সিল্লাং কাংলুপকী মাইকৈদগী ঐহাক্না রাফম থম্‌দং নিংঙমদনা কোংদোকচরি ঐখোয়না নোমজরিবসিং অসি ওদেন্সসিংগী মাইকৈদগী পেনবিদবা কনাগুম্বা থম্‌না অয়েৎপা অথিংবা পীবিরকপদগী ঐখোয়গী কনফরেন্স অসিগী মরু ওইরবা মী-ওই শরৎচন্দ্রবু য়াম্না সাথীনা য়ৈথুবিবনা উৎচগদবা। ড্রামা 'ঐনা' নঙবু স্কুংসি' কৌবা প্লে অসি উৎচবা ঙমজররোই। মরমদি ড্রামা অসিদা হেরোগী পার্ট'তা সোকলিবা মস মম্না কুম্বিগদবনি। অদুবু য়াম্না সাথীনা খুদোংথীবা থোকখিবনা মতাং অসিদা ঙসিগীদমক্তা ওইনা কংসন অসি লোইসিন-জরগনি। মসিগীদমক্তা ময়াম্না সিল্লাং-কাংলুপ্‌মু ঙাকপগনি। ( খুৎলোম্‌না খুরুম্‌মী। ফিজং তপ্পা-তপ্পা হাইজিনবি )

তরাস্নুবা

# লম্মী

( ইপু—ইবোবী রাস্নী সাচুনা চৎলি )

ইবোবী— ইপু! করিগীদমক্তা ক:সন অদো থুগাইখিরগে ?

ইপু— করিগী ওইনি, লমকেৎ-লমহাইবা হৌজিকী পৈসা পাস্নবা মচাগী কুম্মৈ-দনা।

ইবোবী— মস্নম অমদি নৈকম থোকপ্রা ইপু!

ইপু— ইসে—, একট্রেস ওইরিবী স্নিতাগী হাক্তকী অমদি অপাস্না লীলা সাক্তদে হায়বগীদমক্তা।

ইবোবী— নস্নু ভাব তারে। লমহুই সাজৎ চৎপা মথোস্নগী মস্নিল চুমথোকপবা কুইররোই। করিমত্তা চিংনবিরস্নু।

ইপু—মীনা ভৌবা থবক্তা য়েংবা ভমদবা 'থুস্নকী-ঈ'না লাইসাবা' মথোয় নত্রনে জাতিসিগী য়েস্নবা।

ইবোবী— য়ু-জুরারগী নেসাদা, রাস্নেম ওাঙবদা ল্পপপ্তবা মীনা কদাইদগী শস্নৎকী পুকচেল থঙবা ভমগনি।

ইপু— হ্-হ্-হ্ (নোকপা) চুম্মিনে-চুম্মিনে অসিওস্না অসিবসিং সিনা মপুনা থরা পীজবদো পেস্নোক্তুনা লৈভনদি কুমানা পেনগনি।

ইবোবী— হ্-হা-হ্।।

ইপু— হাঁ-হাঁ-হাঁ। মথোয়না মপুন্সি চুপ্পা মীগী থোঙ চুপ্তনদি কনানা চুপকনি।

ইবোবী— নস্নুনা অঙস্না তৌজরগে ইপু; লোৎসস্নু—, মথোয় কস্নাব কুইনা লোৎকনি। 'নিংথৌগী মনা কল্লাংদা থেৎলি' হায়রবা লৈরি হায়রিবা?

ইপু— নৈরি চুপ্সি! মখোয়বু ফাবগী থবকসি, নহাক্না সোয়দনবা সীল্লকও!

ইবোবী— অহোয়, ওসি নত্রে নেংমদি। (ম'রী স'হুনা থোকবী)

(থোকচাও পয়প-পয়প লাকই)

মচুংদগী— পুলিস্! থোকচাউ পুলিস্—,(লাউরকই)

থোকচাও— হাঁ!! কদোমদা! (থংহুনা চেনগে ভৌই ভুং হন্না য়েংবদা সামু লাকই) সামু নত্ত ওইয়ে, তাব চাদনা থৈলে লাংসারদনা

সামু— হাঁ-হাঁ-হাঁ! মীহুন মচা অহনস্থ, কয়াম কুইনা অস্তুম্না লোত্তুনা লেনগদগে থোকচাও। অয়েম্বদৈ য়াউরুবনি। মী অমদা লিসিং অনি-নি পীনি হায়রগা লুপা ১০ কাওবা কানা কংগ্রে।

থোকচাও— ফংনবা তাল্লুনা! নত্ত! সামু লমসা নত্রা!

সামু— ভাওনিংবা ভাওলকমুদা মুংসিগবা মুপী অতাং লংথোক্তুনা লোৎপদা চাবা মচেৎ-তুম্বা-মচেৎ উমংদা লোৎপসি মীবু ওইজ-নিংঙ্গ্রে।

থোকচাও— চ্যোকসিনজৌ—শরৎ হসপিতালদগী থোক্লকনি। য়ান্না হান্নু। মাগী কাওবুনা থোমজখিনি।

সামু— মতিক নৈতে, সামু ঐভোন্দা। (ফল্লি)

থোকচাও— য়ান্না কনগন্নু, খন্না হল্লিন্নু নখুৎতো (হনজিনবী) অকনবা সামুদো 'উ' থারি ইন্নহল্লি হায়বসি নিঙসিঙু।

সামু— থোকচাওগী থোকতো হন্দক্তী ভৌসিল্লকনু।

থোকচাও— আই! ঐভোন্দমুক ওনসিনলক্নে।

সামু— চুন্নতা ভাউজবা সামু পুলিস্কী লৌচৈ চাগদৌরি। কান্নদেসে ঐগী সেন কপাই?

থোকচাও— কংসনবুদি থুমগাইখি, ঐ য়ান্নি, অহবু মুনিতাদি কৈয়েন্দা সিন্নখিব্রা! তোকথোক্লোসে—খন্না ভৌন্না সেন-সেন।

সামু— অহুনা ওইরেসে, সেন পুন্নমক পায়সিন্নগা মাওখ্রিবা।

খোকচাও— ঐওোন্নকাদি পকসিন্নকনু। ঐদি সেনগী আশাদা নত্তে, সনাহনবী কাবগী আশাদা য়াউরবনি। হৌজিক্তি সনাহনবীসু মনিপুরদা হেংখ্রবনিনা ঐ কৈদৌরনি। ঐদি লম্বোইখিগদৌরবনি।

সামু— হৈদা খোকচাও! কদোমদগী কদোমদা পুখ্রিবা, সেনদগী সনাহনবী সনাহনবীদগী লম্বোইবা ওম্ব্রে, হৌদোং ওনগেরা মকু ওনগেরা মনিংনী ঐগী সেয়ায় পীরন্নগা ওনুনিওবা ওনখ্রে। পীরোসে—ইচাসিংদো খোয়াংবনা উচেক মচানা মগী লাকপা 'ভাইবগুম তনৌবা ময়াদো কাখত্নুনা চেং-চাক চেং-চাক কৌহুনা বগ্নবলনি।

খোকচাও— আই! চানমক্কী খোরেনেহৈ। নখোয় কৈরেনহুনা থবক সকসেস ওইত্রবহুদদি সুমিত্তুদহ্ম সেনদো সিজ তৌখ্রে।

সামু— মী শিংসে মতৌ অমনিকো। কৈজাউনা হায় নত্তোন্দা, মওনা হায় মাত্তোন্দা নখোয়গী ইম্পোক-ইনসিন মরক্তা ঐনা জেল চঙবা, সুগী অডাংনা কংহুনা সিজরবা!

খোকচাও— ওঃ! ঐ সিরে। পুলিস পু-লি-স।

( মখিৎ মনা ত্তোং-ত্তোং ওনখৎখি, লেকথরকই )

সামু— কদাই কদোমদা, সির-সি– চত্তলগা চঙ! খোকচাও চেন্নসি ( পাখৎনা চেনগে তৌই, কৈরেন পুলিসকী কীজোন সেং-হুনা লেপলৈ )

কৈরেন— ভাইখো! ঐনা মরুপ মপাং ময়াম খিবদা খুম্বক খুনখা, উমং-লামং, সাংলুরে অহুগা নখোয়না সিদা ইমুও-মুওাইনা লৈরমলি।

সামু— ( কৈরেননি খত্তলবদা ) সেন, সেন পীরোনে খোকচাও!

কৈরেন— করিনোনেহৈ সামু! সেনগীদমক্তবু সে—, মরুপকী সেন্নায় লুপা ৫০০। (লানসিল্লি)

সামু— মঙলা তাইবংলা তৌরিসিবু (লৌদে)!

কৈরেন— নখোয়বু ঙাউরবরাউ!

খোকচাও— কনানো! করিনো। (মখিৎ পাঙনা) ও ইমা ঐ সিরে—পুলিস কৈরেনগী সককম সাহনা লাকএ, ঐবু কনবিয়ু (লাউই)

কৈরেন— দৎ! (লুপা চরুন লংখত্তুনা সান্নবা) ঐখোয়না থম্বা পুলিসপু কিরিবোইরে, খঙলে, ঐ চৎলে। (খোংথাং ১/২ চৎলিম্নে)

খোকচাও - ও—! কৈরেনবাবু ওইরে। ঐখোয়দি ওস্থোকপা অমবু খল্লুরে।

কৈরেন—সে সেনসি হান্না পায়শিনখো ৫০০/৫০০ তনি (তাপ তাপ লৌই) অরুবা রা খান্না খন্নগদবা লৈরি।

সামু—করি খন্নসিগে?

কৈরেন—হংচৌংসে বারুনী নত্রা?

খোকচাও—মান্নি ঐখে'রস্থ খন্নরম্লিবনি। হয়েংতা ঙান্নরে বারুনী অত্থপা ঐখোয় কৈরেনবাবুনা ইকোম কোমনা লৈখোকখিবগী মরমদা।

কৈরেন—করে, রাকোই ঙাওহুনা কান্নদে। নোংবান্না পাড়ী ওন্ননি লেপ্লিখ্রে।

সামু—কাবসে চৌং কাবদনা কগত্রা? কুম্বদন' খু:দাং চাগত্রা?

কৈরেন—কুম্নকপদনা কনি। নোঙান্নমদাইগী মন্নি-মন্নিবদা, তমপাক কৌরমদাইদা, ভাব তারেদনা?

সামু—মখুদাং তাপ হেক্তা পান্নবা (পান্নবগী মতৌ তৌই) ম্রো-ম্রো হেক্ত চি:বা।

খোকচাও—অচুম্বৈগীদৌনা লোইহৌনিকো।

কৈরেন—চুম্মি সোয়রবা য়াত্রবনি। হন্দক্তী ঐগী হুনিতা য়ুর্দা থম্বা সোয়ত্রবনি।

খোকচাও—নুপাবী মচাদো ঐখোয়দা য়েৎনক্রবদি!

সামু—মথোই অনিমক হন্দক্তী, মচক কোইদৌরিবনি!

খোকচাও—নিপা মাল্লি, খুংজো অমুক্তা ( মথোয় অনি খুং সোক্নে )

কৈরেন—হন্দক্কীসে অরেম্বা দৌসিং সিজিন্নবিয়ু।

খোকচাও—মকম কনাইদা পুসিগে ?

কৈরেন—নোংবান উমংদা।

সামু—নোংবান উমংদা।

তরামাথোইস্রুবা

# নোংঙাল্লমদাই

বারুণী কুম্বা

(অমম্বদা যাত্রি মরাম চীংখক্তগী চীংখাদা মরি মরি কুমথনরি কনানা লাইট কাগু্না চংগ্রী। থরনা মৈনম থান্দুনা কুমথরি। মথোং-মরম থঙদবা মথোল তায়)

যাত্রি অহাম্বা—হেরা—! নঙসি পাঙখিদ্রে-শৃ-শৃৎ হেক নাম্থরকউবা!

যাত্রি ২মুবা—ইস্—! অমুক ঙম্বসিদবু।

অহাম্বা—ওম্হোক্লা পাঙবনখিদ্রেদা—।

২মুবা—অয়, সির-সি, চঙলা-চঙ, ইস্-ইস্ নান্থেদা। (চংনখী)

(অনৌবা কাংবু অমমুক লাকই)

ইবেম্মা—সোরাইসিদি করিনো মম্বনা মমলিবা, ঙম্বনা ঙম্লিবা!

কুমতী—তপ্পা-তপ্পা চংনসি, মসিদা তুরগা চোপকদৌরিবনি!

কৈদৌহৌরে ইবেম্মদো, ইবেম্মা-! (কৌবা) ও ইবেম্মা-ও

ইবেম্মা—লাকএ-লাকএ। ইনম্মা হায়সিমা ওম্হোক্লা কৌপনথে।

কুমতী -কৈদৌবগী লৈহৌরিবো নিপা মরক্তুদা, নথোয় নতৌসে কিদৈএ মতুং-মনাওকাদি চংমিন্নবা য়াবা অাং মত্তে।

ইবেম্মা—পাথং চাউবি, ঐ লাকই-এ।

কুমতী—কৈদৌহৌরিবো। আঁ—, মুখিং মঙাল কাউরে, বোঙারে, ওয়াংদগী হৌজিক কাউবা য়ারীসে লোইজ্রিবোই। টিক্মাং-মাংবি।

ইবেম্মা—ইনম্মা হায়সিমা ওম্হোক-ওম্হোকপা!

কুমতী—ওহোকপয়া-ওনসিনবয়া! হৈ, তারিবা মখোলসে—হুজোউ ওয়ারকপগী মখোলনিনেহৈ। (মীশক কজবা উনবে নোঙাঘনা) ইস্—! সুনিতা! সুনিতা!—ও—সুনিতা (পাখৎনা)

সুনিতা—কদোমদগী তারক্লিনো ইন্দোন-! (কিনা)

কুমতী—সোমদা, সোমদা লাউনে। (কুমতীয়োমদা চেনসিল্লি)

নোংবান—য়েডি! (থৎলি সুনিবু)

কৈরেন—সুনিতা! নঙ ওসিদগী ঐগী ওইরবনি! (মখুজেং পায়)

সুনিতা—ভৌমু থাদোকউসে—!

সামু—নিংথিনা হায়রিঙেসিদা চৎলু! (ইল্লি)

সুনিতা—ঐ—ঙম্মোইনে—ঐ, ইমা—ঐ ঙম্মোইনে। (য়াল্লি)

খোকচাও—মু-য়াত্রপা থাঙ্!

সুনিতা—কনা-কনা লৈবগে, ঐবু অমুক্তা কনবিয়ু। অমুক্তা— (ময়াদা কিবুন নমলিঙৈদা চৌংলেন্না থৎলে)

চৌংলেন—নত্তিক লৈরগা ইমাংদগী অহুক পু য়েংগে?

কৈরেন—হাঁ হাঁ-হাঁ নঙগুম্বনমু লোইরঙ-সিংখোঙ্!

চৌংলেন—লোইরঙ-সিংখোঙ! (ফুনৈ, কৈরেন্না থা.না থিল্লি; তাকখোকই চৌংলেনগী পাইরকী লৌসি'না কৈরেন লোংতা তাখি)

সামু—ফুরো! মথরাই লৌ। (ময়াম্মা তুংলোমদগী ফুরক থিবনা তুথী)

চৌংলেন—ইমা ঐ সিরে। (তাঙ্গাসিদা শরৎ থুংলৈ)

শরৎ—লৈরম্মু, কনা অমত্তা চেনবা য়ারোই। (ময়াম চেনসিল-লকই—কৈরেনগী কাওবু সুনিতা লংখোক্লগা চেংখি) ইস—'ঈ'সিদি চৌংলেন! চৌংলেন! (কোনথৎলি—'ঈ' তৈথোকই)

নোংবান— হিদাক। উরি থিরকে উরি (চেনখি)

শরৎ— গাড়ীদা; গাড়ীদা পুরম্সি!

নিপা মমনা— হস্পিতালদা য়ৌনবা তৌরসি। (পুখি)

শরৎ— সুনিতা লাক-ও কপ্পিস্‌ খঙ্গুত্ম, চৎপি।

( কপ্লিবা সুনিতা চীংখতুনা পুথি

নোংবান শরপ শরপ লাকই )

নোংবান— কনা অমত্তা লৈরমক্রেনা সিদি! অঙ্গুদি করে, অরোম্বা খগ্নখিবা থবকতো পাংথোক্লবা সিগ্নগে ? মখোয় মপুমঙ্গু ঐবু করম্না থি সবা ! মী অমত্তা লাক্লবদি ( য়েংঙি ) ও-কৈজাউ লাকএ— মাঙোন্দা হংলবা অমা খঙবা মাই। ( কৈজাউ চংলকই )

কৈজাউ— এঃ! নোংবানবাবু কনা ওাইবিরম্মিবগে ? অহিং তুম্নকত্রবাগ্নে কিতম অমা ওইনা উরে।

নোংবান—চুম্মি! অদো, রা অমত্তা হংগে কৈজাউবাবু।

কৈজাউ— হংও, কৈদৌবগে ?

নোংবান— চীংলেনখোই য়ুমসি !

কৈজাউ— চীংলেনখোই য়ুম।

নোংবান— অহোব।

কৈজাউ— লাইখুরম্বুহন্নকসিদা, করি নিংসিংলক্লে।

নোংবান— তমগে, অদো মখোয় য়ুমসিবু 'মীথুংকম লৈরক' অহৌবাইদয়া।

কৈজাউ— নত্তে, নত্তে, মীথুংকম লৈরক্তগী য়াম্না রাংলি—খারোমদা চঙগদবা।

নোংবান— খারোমদা, করাম সানা—

কৈজাউ— মাইল অনিরোম চঙসিল্লগা উমং মতেক অমা লানগনি, অহুনগী খুম মচা অমা কংগনি মহুগী খুলদো— লমলোং হান্নবিহুনি। চীংলেনগী য়ুমসি হেক মচিন্দা লৈবা অহানবা কংবা 'য়ুমদোমবোক' 'চক্লসঙ' মানবা অঙুনি। করম্বা পাউগীনো অমুক মুন্না হংলিববু।

নোংবান— তমগংদবু তম্লিদা, ইকাইবা বানি। মঙ তারমম্রি!

কৈজাউ— তাদে! কৈদৌরগে?

নোংবান— চোপশবা বানি। চীংলেনদো মৈপাকখোরগী সুমিতা কৈরেনগা মুন্নবদা থাংনে সাথীনা সোক্নে। সিবয়া-চঙবরা থঙত্রে, পাউসিজং মখোয় ইন্দোক্না তম্বিরগে তৌবনি।

কৈজাউ— চীংলেনবু! থাংনা সোক্লবা! (হানা)

নোংবান— সিসন্নু! ওক্লম্লে। ঐ চৎলে। (চৎখি)

কৈজাউ— থঙগনি। নঙসি কৈরেনগী থৎনি ঐস্নু মুন্না থঙিঁ। তসিনগী ঐস্নু লৌরোন সান্নরগে, নখোয়গী মী সাহনা নখোয়গী নরক্তা লীলা কুমথরগে। (মুকম মুকম সোন্নরগা থোকখী)

তরানিথোইসুবা

# সুনিতাগী য়ুম

সুমিদাং

( সুনিতা লংচাক চাতুনা লৈ। মৈপাক সাউনা থবক চত্তুনী থোক্লকই )

মৈপাক— হৃদক-মরুকসি ইপা মঙ-হা মুঙাইতে। বারুণীসে চংলমু হায়ত্রাউ। হৌজিক্তি মীগী মর্যাদা করি থোক্লগে হায়রা। ইজং পুম্নমক লোইরেদনা—

সুনিতা— কনান-করি হায়নবগে পাবুঙ! ( কপ্পা-কপ্পা )

মৈপাক— তুমিন লৈমু! কনান করি হায়বগেকা হায়রিনেসে—! হৈ-হৈ নৌপা অমা, নবুং অমা লৈবা নত্তে,-হৌজিকী যুগসে মপান থোকপা য়াম্না লুরে হায়না-হায়না কপসিন্নহুনা চংশ্রি-বনিনে। হৌজিক্তি করি থোক্লে—

সুনিতা— মসি পুম্নমক ইস্তোন কুমতীনা থাকহল্লিবা ঙাক্তনি পাবুং!

মৈপাক— চীনথিবি! নচীন থীহুনা মীঙোন্দা মুক তাইনসল্লিনে। লৈরু চংলু চীংথোংহুদা। সিজাথরোনে নঙতা। অকাউবী, নঙগী হাক্তকা, মীনা থী-থী কিনরিবা মৈপাক ঐ অসি মপান থোকপা য়াত্রেনে।

সুনিতা— মীনা পঙথোক থোকচিঝনি পাবুং!

মৈপাক— পাবুঙকা কৌনু, ঙসিদগী। পিঙৎ-পাঙৎপা নুধাবী মগাহুপা লৈরুচো চংলু। মপা ঐনা হায়বা ইত্রবনিনা মঙনা থোকপা

তৌখো। ইনাক খুনবা কৈরেনখোই ইমুংবু নঙনা ভিনসিং মাইসিংনবা—

সুনিতা— ওক্বী, কুম তৌগী বা পঙলো লৌবিরুস্থ পাবুং! খোকচিনবা হৈবী অকাউবিনি।

মৈপাক— খোকচিনবা— খোকচিনবা ( মুনিঅগী মকোক্তা সাউনা লোপ্নি ) তৌওবী। তৌনিংবতা তৌহৌকসিনা ইথক্তা কায়েনে। সিবু—, সি-বু—, মীনা খোকচিনবরাউ ( সাউনা মখাউদগী চিঠি পুখোরজনা লংসিন্নি )

সুনিতা— মতুংদা অমুক তৌজরোই পাবুং!

মৈপাক— কন্নি! ( সাউনা ) ওসিদগী লোইরবনি। নঙগীসু নঙ খোকপা চংলে, সিগেরা-চঙগেরা। ঐগীসু ঐ খোকপা তৌরনি ওসিদৈ! ঐনা হন্নকপদা নঙ লৈরমগনুকো। ( লেংবান ফি কল্লমগা চংখি )

সুনিতা— ঐনা তৌরিবসি সিখিবনা সরুক চাম হেল্লা করেদনা—! ( খল্লি ) ( চিঠিদো হাংদোক্লুনা য়েংভি। পুংঙক্ ওকই। ) অসিবু মা মসীঘরা ইরকপনিকো। ( হন্না হন্না পাই )

( চিঠি মরোল )

সুনিতা! চিঠিগী মতেং লৌহুনা হস্পিতালদগী ঐগী অরোইবা বাসক কোওলোক্লি। মতম অমদা নঙ-ঐ অমত্তনি খল্লম্মি। অদুবু হৌজিক্তি আশা অদো মাঙখ্রে। অমুক হন্না নঙগী আশা তৌররোই। নঙগা সন্নরবা হাক্তকগী ঐগী পুন্সিগী তৌকম খোকপা ইথৌ পুন্নমক অরেম্বা তাঁরে। ইজং পুন্নমক মাঙহনা লোইরে। অসিবগী খোঙকম মৌনা খুদোংথীরে। ইমা মাঙ্ত্রিবসিগী মরু ওইবা লংজিন্দি নঙবু সন্নরবদগীনি। ওসিদগী মঙসে ঐগী য়েক্লবনি খল্লে। নঙসু ঐবু মপোকসিমগীদি খুল্লবস্থ কাম্নরোই। কান্নরসি।

—ডীংলেন

( মথন্নাই চারু মকে'ক্কী মসম্ বর্-বর্ কোই। মকোক মরু ইক'-কান অমুকম্ চিঠিদা মুন্না য়ে'ন্থনা লৈ। মথুং মসা, সুরু সুরু নৈ। চিঠীদো মচেং-মচেং সেগাই। হৌগৎহুনা খল্লি, কল্লি ) ইমা! ওক্‌বী নচাম্ লাকচরে, নচাগী চঙজকম পীনবিয়ু। লৌনম্বা সংসারসিদা নচা লৈবা ঙমজররে'ই।

( কপ্পা কপ্পা ইমুংগী চে কপম পুথে'ক্‌না চেরোল অমা ই। কৈরাক, থৌরি পুসিল্লকই লোইরীদা থাই। কৈরাক মথাদা চিঠি থম্মি। )

ইমা! নচা লাক্লে মচাবু লৌসিনবিয়ু। ( কপ্পা-কপ্পা কাখৎলি, খাঙেল্লা থৌরীহুনা কিসিল্লি। শরৎ লাকই টৌচ' কাপ্পা, চে ভাবদো উবদা চপ্ লেপ্পি, মী য়েংঙি ) •

শরৎ— সুনিতা— ও-সুনিতা- ! ইপন-ইপন ( কৌই ) কনাঅমত্তা লৈতে। অঙ্গা, চিঠী অসিনা কয়মা! ( পাথরকই )

( চিঠী মরোল )

হে— চিঠী থেঙনবিরিবা মীওই—!

সুনিতা ইসামক্তা ইজবা চিঠীনী। সুনিতাগী পুন্সি মাংজবতা নত্তনা, করিগুম্বা জীব অমা য়াউর্ন' আম্বা ঘাট তৌরম্বা ভ.রবস্ কনাগীস্ মরাল নত্তে। সুনিতা ইসামক্তী ইরালনি। ইপাপকিনি। ইরম্নাইগী রাখলতনা কনাগীস্ থৌইনশিন য়াউদন। ইভোমতগী থৌরাংনা সংসারসিদগী বিদাই লৌজবনি।

বিদায় লৌরবী

সুনিতা

( ওই-য়েং টৌচ' কাপ্পি কৈরাক থেংনৈ। সুনিতা উরে। কৌই )

শরৎ— সুনিতা! সুনিতা!

সুনিতা— ই-ইমা-নচাবু! ( কপ্পকই )

শরৎ— সুনিতা! কুমথরকউ লাউনে, নবুং লৈরিসিদি।

সুনিতা— তামো ঐ—ঐ!

শরৎ— নত্তে, ওয়রে, ইবুংগী ইবেম্মা, অমুক্তা কুমথরকখোনে।

সুনিতা— তামো, ঐঙোন্দা অমুক ঙপনবা পীবিয়গনু।

শরৎ— ওয়রে, সুনিতা—ওয়রে।

সুনিতা— তামো, পাপকী মকমসিদগী লেঙবিরো!

শরৎ— ঐ খঙলেনে, কুমথরকখোনে।

সুনিতা— মৈনা-তিন-সিং মাইসিংনরবী মরাইবক কররী ঐ, ঐ অসি।

শরৎ— নত্তে-নত্তে সুনিতা, রাংল অদো অরানবনি। (খোং-থাং অমা/অনি কাখংলি) হয়য় নবুংদা! খুম্মনে সুনিতা থৌরাই অসি থারবা ফাউবদা নত্তেং পাঙলমগে। কনানো চৈংলেন নত্ত্রনে! তাকউনে নবুংদা।

সুনিতা— তামো! ওক্তবী ঐসিদি মীনোক চাউবা সমাজসিদগী সিখিবনা কররবনি। (কুমথরকই চৎকে তৌই মথুদোং পায়হুনা য়াম্লি)

শরৎ— ঙাইখো! মান করি হায়রকই।

সুনিতা— তামো! চিঠী অমা।

শরৎ— চিঠী, অসেংবা খঙদনা চিঠীদগী হেক্তা আম্মা যাট হুঁ হুঁ-হুঁ। পুকচেল চাউবী, লান্দা সিবা কিদবী মীতৈ মুপীনবু অহুঙবা নমথি হঙাইগী কোমদা কুমথগে থৌরাংবা। (চেজেং তাবা উবা) অসিনানিদনা (সমজিনৈ) উমঃ। খঙলে, চিঠিসে চৈংলেম্না পীরকপনি অসিনিনে! হায়য় চিঠিসি কনানা পুরকই!

সুনিতা— পাবুংনা লংসিলম্বা চিঠিনি।

শরৎ— পাবুংনা! ঐ পুন্নমক খঙলে। পুন্নমক নমথাক ঙাক্তনি। কৈরেনগী জাল ঙাক্তনি। (থৌরী—কৈরাক লোথোকই)

সুনিতা— কররনো! তামো মদো ওইখোক্লোই।

শরৎ—তুমিন লৈয়ু, তাদিংবে। চিঠীসি চীংলেমগী থুংই মতেলে। মরি মথৌ থাজন', মতমা তৌরমদিংবে অয়ামবসি।

সুনিতা—তাসো! মচু ওইবা মায়োই। ঐ মীমোক চাউব মধাঙ সিদা হৌংজনিংত্রে। ঐবু থাদোকপিয়ু।

শরৎ—কয়িগীনো সুনিতা; অচুক বাথল থেনবদি।

সুনিতা— তাসো!

শরৎ— লাউ! চৎসিলাউ! মতুংগী অক-কতা পুম্বা-ঐনা কনবা মীনগনি। মখুং অমনা মচনগী তৌবম থোকপদো তৌগনি, লাউ।

সুনিতা— তাসো!

শরৎ—তুমিন লৈয়ু। (সাউনা) ঐনা হায়রিবসিনি। চৎসি লাউ।

(চিংখ্রনা পুসিনথি)

### তরাহুমদোইস্থবা

## লম্বী

( খোকচাও গঙ্গা-যমুনা ভাওহুনা চৎপা ওমদহুনা মন সারগা চৎলি )

খোকচাও— হৈ, ঐ পুক্কবনি, জগৎ অসি মথক-মথা ওনবা ওম্ব খোকচাওনি নঙ খঙব্রা ? ( কৈরেন চঙলকই )

কৈরেন— খোকচাও ! নঙদি পাউ মন্নৌ কৈদনা ! হৌদেং মতৈ নঙনা তৌগদবসি লুইদা—( খোকচাও তাদে )

খোকচাও— হৈ ! নঙ কনানো ? ঐসি খঙবরা — ঘোস চাবা হৈ হায়রিবা, হৌজিক হৌজিকী হিংনবতা খন্দুনা লেল্লিবা, হোটেলগী কোথাচাউ, রমেশ খোরেশ ভাঙবনা অসিংবা সল্লিবা, নমথক-নমজানবা হৈ হায়রিবা পণ্ডিতভুনিনে। ওসিগী চারা খরা থংনগা লেল্লিবা মপু নিঙবা হুইথৌ হায়রিবদো। ঐগুম্বা সিনিনে অকাউবা কিলোলোকার হায়নরিবদো। ওক্-ওক্ —

কৈরেন— নঙ লোইরেদনা উমংসিদা, নঙোন্দা লেম্না পীথকপা মীস্থ লৈরিবেইরে ; ওসিগা থারগা থুপ্না থুমিং নপান্নিদি থুরে হায়বা নঙনা খোঙ্গুল লীবা চৎগ্রিবসে ! ওয়রে ! পাউ খরদি লৈরমগনি করি উপাই তৌসিগে ? মহাকসি থুম্না লৈহল্লবদি মাদে। এঃ ! উপাই অমদি লৈরে—( মখাউদগী হৈ লোখোরক্লুনা ) সে-সে ! নঙগী চাকথা পীরগে ! নম্না কাখোকউ ( ইনসিল্লি ) সি চারগা তিনকোক্লমবনি—লাই-কোক্লদবনি।

খোকচাও— এঃ! এঃ! সিনথ্রেদা ( সায়না ) হৈ ওয়রমায়ে, হৈথ্রেদা মাইবসিদি

কৈরেন— হৈনি-চাউ-চাউ, সিদ হিদাকনি – সিদ হিদাক।

খোকচাও— কয়িবু মাইবা!

কৈরেন— উঃ! মনমসিদি ( স্থগত্‌না লৈথোকই )

খোকচ উ — ইমাকালিগা, মহাদেব ইপাগা ইয়াম য়ান্নবা ভোংলমনি য়াহুননি।

কৈরেন— হাকমল্লিকো, মীতৈ মচা ( নও অমা ) মুঙাইথোকপা পাম্মল্লি। মতমসিদদি সিগদবতনি।

খোকচাউ— ও ঃ ওস্থোক্না ভাব তাবিরকথ্রেদা।

কৈরেন—মুঙাইরে। ঐঙোন্দগী হেন্না ভাব তারবনিনা, কয়ি পাউ লৈ— ন্মো — !

থোকচাউ—চুম্মি, পাউ য়ম্না লৈপ্রে, পাউসিংসে মুঙাইখিব্রেদা।

কৈরেন – কয়ি-করম্বা

খোকচাউ— চীংলেনদো হসপিতালদা লৈখিদনা?

কৈরেন— লৈখি, সিত্রিব্রাউ!

খোকচাউ— সিবদি লায়রহনা করহনা হসপিতালদগী থোরক্লে।

কৈরেন— থোরকএ, অহুদগী! ( ঙিংনা )

খোকচাউ— অহুদগী, কুমতীগী চিরোল মতুংইন্না স্থনিতা পুরকখা লুট চঙ্ডিদনা!

কৈরেন— চঙ্ডি স্থনিতা থেংনজে।

খোকচাউ — মসিদা রাকম অমা চিখহোদোরে?

কৈরেন— করম্বা রাকম?

খোকচাউ— স্থনিতাগী মপাগা কুমতীগসে মমুংদো ঈচেল অমনি, অহনথঙদা।

কৈরেন— মহু মঙ ওসিতা খঙভি, চহি ৫/৬ সুরবনি। অহু কৈদৌরবা ?

খোকচাউ— মনুংদা কুমতীগী লীলা ওাক্তমি। মখোয়দি লুট চঙবা মুমিত্তুদা লুহোংলম্লে।

কৈরেন— লুহোংখ্রে! কনাগা কনাগা! (ওক্না)

খোকচাউ— চৗংলেবগা মুনিতাগা।

কৈরেন— পিতংপা অহুগা ঐগী মুনিতাগবু।

খোকচাউ · পিতং-পাতং অনিমক থুংনখ্রে, অতৈ রা লৈতে।

কৈরেন— অহুদি কনানা সীল্লি :খোকচাউ

খোকচাউ— কনানা ওইনি সিল্লাংবা শরংনিদনা।

কৈরেন— শরংনা।

খোকচাউ — মাল্লি শরংননি।

কৈরেন— কৈ খঙগনি। মহাক'সি করম্না খোনসিগে। (খল্লি)

লৈরে— মখোয়গী হোজাইদা লৈবা কমিটি অহুনা লাওহুনা মখোয়— হোজাইদা মাগী ড্রামাদো সান্নগমি হায়বা পাউ তারি। মসিগীদমক্তা মহাক তোম্বন। মপান খোক্লনি, মহুদা থেংননবা লম্বীদা ওাইর'সি।

খোকগাউ— হন্নকী অসি ঐ য়াউজররোই, জেলসে লাপত্রে!

কৈরেন— তৌবিগনু জেলদা হেক্তা চঙবা য়াবরা? অহুক নরিল য়াউদবা তৌনু। কংসন থুগাইবা অরেপ্পনি, মহাকপু কাহুনা নোংবান উমংদা পুসিল্লগা নৈবা-সোম্নত্রবনি।

খোকচাও— ঐ য়াররোই। শরংপু ওংলগা করি কারৈ, ঐ পামত্রে। কৈরেনগী থাবৈ ওইবতা ওাইরগে বারৌনু।

কৈরেন— করিনো অপঙ! চহি ৬/৭ থবক পুম্না মুহুনা, লুট কম্না চঙহুনা— অরাবা কম্না খাঙমিম্নরক্লগা, সিং নাস্থোকদৌরিসিবু!

থোকচাও— নঙগী থৌরাং-থৌসিনসে শিংছনা তৌরিমল্লে, মোম্না নোম্নগা করুই কৈওইবগা পাওথক ওইরিদো।

কৈরেন— ওঁ : হো –নঙগী রক্ষমদে' চুমদবদি নত্তে, অহুবু শরৎতি মীরুকসিদা লৈহন্দবনা থোকইনে। মসিগী রশিনে।

থোকচাও— অনিংবা পুন্নমক কায়রে, য়েক্লবনা লকচংগ্রে, লুট তৌই মসিনা মী ওইবদি য়রোই, অম্মা উমংদা অরোম্বা কীভমদা লৈরিবসি— মসি অকাউবা, ওক্তবদা তাই অহুবু শরৎনা অহৈ'পা সাবসিদি মুত্তাইতে।

কৈরেন— অহুনি শরৎ থম্বা যাবনি। মহাক সমাজ সদা করিগুম্বা খোল্লউ অমা লাউগে হোৎনরি। মসি চুম্লবা ৱাকমনি, নহাল সেঞ্জাউ পায়বা মহ জন অহুনা সেন খুংসিল্লব মতমদা লীরুকখিবা রাকমদো নিঙসিঙলিদনা। ঐখোয়না উৎগাৎতুনা পওথরবা সমাজগী মাইয়োক্তা লেপ্পগা শরৎন লিং পাংহল্লক কদৌরি।

থোকচাও— পাওহুনা লৈরিবা ময়ামগী মিংসিবু, অমুক কররা?

কৈরেন— চুম্মি খনুদ্রবদি লাম্ব কংলোই—, এম্ব ললোব মহাজন সন্নবদগী উরকপনি—, ওসি সিজিন্নরিবা মীয়ামগী থাজনবী, চৎনবী,— সমাজহুগী অপাম-অপাম্বা য়েংলগা মংগী মরুমদা লোম্না মখোয়না ললোল্লী— খঙলবরা? ঐগী খেইনৌ বৃন্দু!

থোকচাও— মহুবু অমুক য়ামগ্রবা মীয়'মশিদা কনান চৎতুনা খঙংলুনি, কনান থাজবিনি, পুককত্তবা নঙবু!

কৈরেন— ইসে, অমুক তৌরেদো— 'খোরিরোল মীংসেন' ছায়বহুদা!

থোকচাও— খোরিরোল মীংসেন হায়রিসি কররা মীংসেনদো লুপা কয়া তাবা জাংনো?

কৈরেন— নিউজ পেপার, মেগাজিন, সৈরেং, ড্রামা, নোভেলদা চিংবসি মসিবু 'খোরিরোল মীংসেন' কৌই।

থোকচাও— ওঁ : হো— মহ পায়গ', তারগা খওবা উবা, ভাবতাবা সিনিনে।

কৈরেন— অহুনিনে, কুমহৈ-কিয়োং ড্রামা, লীলাদনা পাম্ব ওম্বা— ওমদবা অপঙ-অসিঙ পুন্নমক খঙহনবা হেন্নিনে থোকচাও।

থোকচাও— খঙলে খঙলে হিগাইজযম বাবু তাম্ব তারে। ঐথোইগী সাগৈ-লাইর চুদংনবা অসিনা চাংচংতা ১০০ দা ৯০ দি. ঈরাংদা তাউহনা লৈবসিনা ঐথোয় নোংমা নোংমগী ছুথ-রকপনি। মখোঙ সোয়না শরৎকুম্বা নহারোল চোংথোয়ক-র ক্লবসি মুথৎপগী রানিনে।

কৈরেন— অহুনি, অহুনি— ( শরৎ লাকপা উই ) হৈ ! রাকোই-শুহনা কারদে, অ'-দ লাক্লিবসে শরৎ মাক্সা য়েংঙু !

থোকচাও— কদায়, ম ন্নি-মান্নি !

কৈরেন— অহুদি চোকসিল্লু. সান্নু কৈজাউ নোংবান জুরায় সায়রম-গনি সিদগী উমংসিদা চংলু কৌরুচো ?

থোকচাও— ঐ কৌরকে ( থোকখি, মখোয় মথং মথং লাকই )

কৈরেন— নথোয় সেম-সারো সোয়ত্রে। থোকচাও, কৈজাউ নথোয় লোৎলু মরুমসিদা ( লোৎখি )

নোংবান— নও মাইয়োকনৌ, রা হংও !

কৈরেন— কৈ, ( শরৎ চওদকই ) তাইথো শরৎ ! ( থংলি

শরৎ— করি খয়সিগে মরূপ !

কৈরেন— মথৌ লৈ, চৎসি ঐথোয়গা !

শরৎ— ময়মদি !

কৈরেন— মরম হংহনা কায়বা কংলোই, চৎসি ঐগী তুংইন্নকউ।

শরৎ— ঐনা কৈরেনগী তুংইনবা ওইথোক্কে। ( হনহুনা চথকে তৌই )

কৈরেন— চৎপা য়াবোই। ( মখুদাং কাই ) লমহেনবা সান্নি— ( মথাম চেং-সিন্নকই, ফুনৈ, ময়ায়া ফুথৈ, পুন্নি। মমিতা কনা কিসিন্নগা, চিংবোই-থাংবোই ফুহনা পুখি )

তরামরিস্ুবা

# সুনিতাগী য়ুম

( চৈংলেন চেয়ারদা কমহুনা পেপার পারি )

সুনিতা— চা হায়বদো সে ? ( লৌদে )

চৌংলেন— ওঁ— ! ( সাউন ) ঐ থকনিঙব্রে।

সুনিতা— কৈ-দৌরগে, হৌজিক্তা চ-চা হায়রম্লগা।

চৌংলেন— খজিক হ'ংবদা খঙহ্ু. নহ মৌ অমনি মৌ অমা।

সুনিতা— ও— সোরী ! ( মকোক থুম্মী )

চৌংলেন— ও— সোরী। ( করেমনা )

সুনিতা— সে ! হঙঙনিবা ?

চৌংলেন— অহনিদনা, কদাইনো-ও।

সুনিতা— হেক্তা কাউই·

চৌংলেন— কাউনিনে থৌচিনবী। ( ক্ষেৎ লাউনা চঙখিগে তৌই ) ঙাইখো হায়মী।

সুনিত — করিগী.না।

চৌংলেন— রাকম অমা লৈ ( চা চিংনা )

সুনিতা— করম্ব রাকম

চৌংলেন — নঙগী লৈহরা ?

সুনিতা— করিগী সেননো ! কনাগী সেনখাই অমুক, মুমিৎ চুপ্পগী সেন্ ঐবু থোনির'উ।

চৌংলেন— ইসে— ! লৈবু লৈবরনে।

সুনিতা— কয়াম্লানউ ! লুপা কুনখক্তি লৈ।

চৌলেম— লিসিং অমমুক !

সুনিতা— এঃ অচুক য়াম্বদি কদাইদগীনো ! ঐঙোন্দবু ঙাউবরা করিনো—

চীংলেন— ঙাউবা নত্তে, পাণ্ড অমা তাবদগীনি ।

সুনিতা— করম্বা থবক অচিম্বগীনো তৌদবা য়াদবা ওইরগা, পাবুং লাকখিসন্থ, পাবুংদা সোয়দনা লৈগনি ।

চীংলেন— ইমাগী, শরৎকী পাউনি । কৈফ্জাউন। পীরকপা অরোবা পাউনি ।

সুনিতা— করম্বা মকমদা ।

চীংলেন— য়াম্না নুবা মকমদনি । সিদগী উমং মরক্তা মাইল তরা মুক চৎকনি । পাউ অসি সনাহনবীন্থ তারে । চিঠি অমা পীরকই । মহাক নোংমা নিনিসিগী মথুংদা মণিপুরদগী থোরক্লনি ।

সুনিতা— সনাহনবী মণিপুরদগী লাক্লনিএ ।

চীংলেন— ইমান্থ শরৎন্থ মীওই খরনা পুন্না— কাজিনখিবনি ।

সুনিতা— হোয়, মচু সে য়রোম্ন, ঐন্থ চিংবৈ ।

চীংলেন— ঐ হৌজকমক চৎলুখিগে ? অয়েবা সেনদো পুথোরকউ ।

সুনিতা— চামমুক্তি লৈরমগনি । সে — ! ( পুথোরক্লনা পী )

চীংলেন— ঐ মখোয়গী তাংদাংবা অমা খঙক্রিমখৈ নোংমা নিনিসি লাক্কবা য়াই । চোকসিন্না লৈরম্ম্ । ( মকি-মরোল সেম সাই )

সুনিতা— মুম্বিদাং খুদিংগী য়ুমদা লাকপিনবা হোৎনবিন্থ ।

চীংলেন— করিগী ! ( য়ানিংদা ) অয়েপ্পা অমা খঙলগা লাকদৌরিবনি ।

সুনিতা— ঐগী ফীভম অসি থা ৭/৮ হায়রক্লবনি । খরনিদি থবক থনা চখোক খোত্তোকপদা মতা চাগন্দে হায়নবহৃদা ?

চীংলেন— মচুগীদমক্তা করিমত্তা চিংনরুন্থ । ইমাগী খোঙুল লীবনি । কনাগুম্বনা করিগুম্বা লীখুন অসিগী ঐ-পাউ পুন্থনা লাক্লবদি

ঐখোরগী সিম্বোল 'থৌরান মীচাক' উত্রবদি থাজরমু।

সুনিতা— কনি।

চৌংলেন— ঐ চৎলে। ( থোংথাং ১/২ চৎখি )

সুনিতা— সেন-লেন থনয়ে ! ( ভারছনা পী )

চৌংলেন— ইসে— কাউক্রয়েদো নঙগা ঙাওনবদা।

মিং নাকোং সিঙঙ্ মতমসে কত্তে। ইপু নোংমগী কাংদনা লাকনি। অকুপ্পা ঈ—পাউ পুন্না মাঙোন্দগী খঙগনি। মাঙোন্দা হেক হেক হঙঙ্— ( থোকথী ) পাউ হো-নসি।

সুনিতা— কনি, কনি। হা খোইয়ুম ইপা ইবুঙো। খোইদোকপা পলহনবিদনা নচাসিংনা নিঙম্‌ব্রবসিংসে খুংহনবিয়ু। (খুরুম্নি)

### তরামণ্ডাম্বা

## উমং

( শরৎ মখোং মখুৎ পুল্লগা চিংথোরকই। হঙ্গৎ হন্দা চিংডি, ফুন্ট। কৈরেন ফমহুনা য়েংতি )

কৈরেন— হাঁ-হাঁ-হাঁ ( থাক্লা থাক্লা ) ঙাইখো! লেপখো, হৈ, মীথিবোং ঙাউ! নঙগী লঁলান্না মফমসিদা করিস্থু তৌবা য়ারোট। নবুঙোন হ'য়বা ইনগদ্রা? খুমদে, হঁ-হঁ হঁ হায়বা ইন্দ্রবদি নথর'ন্ট মচ'দো মাঙবা নহুনা অতৈ ওইরোই। সাম্মু! মখোং মখুৎ পাং তিংহুন' পুল্লুহে। ( সামুনা পুল্লি ) ফু— মথরাইতা থাকউ, করি য়েংহ্না লৈরি ফুনেহৈ।

সামু— ঐ ফুবা ঙমজররে'হ বাবু!

কৈরেন— করিগী?

সামূ— মদাসি ফুভম লৈ'সিল্লক্কে। ময়াসম্থু লৈতবসিদা।

কৈরেন— কার? মরাল লৈথবা মীনি। নঙনা করি খঙহুনা ঐগী চীনথক্কা ( মঙ্কসম পায়হুনা ইনখি। ) হৈ—, খুম্মু— ঐনা হংলিবসি। ঙসিনা নঙগী অরোইবা মুমিংনি। হায়বা ইন্দ্রগা নস'গা নকোক' ভোঙাম্না তারে থঙক্ন' খুম্মু ( ফূই )। খুমদে— হঁ হাঁ হঁ— খুমগন্থু কৈ— ( স উনা খোকখি )

শরৎ— ঈশিং ঈ-সি-ং থজিক্ক থক্চগে ( ঈ া ) খোয়াংবনা খৌরি চরম ক'থ্রে—, থজিক্কা থক্-চ-গে—।

( সাম্মু মী য়েলগা ফ্লক্স পুরকই, হৈবা হৌবামক্তদা )

কৈরেন— করি পিথক্লি— শিংকত্থু ( সামু থংতি, হৈবা লেপ্লি )

সামু— ঈসিং খোয়াংবনা মহাকসি ঙউরে।

কৈরেন— সিগে-সিসমু। হৈ—, নঙনা থৌরাংলিবা ঈসিং অদো পিথকে। ঐগী তুং ইম্ব পাম্নবরা ?

শরৎ— পামদে। (গ্রক-গ্রক কংনা) নঙগী মতু পানব: সাগী সাজং ঐনা পামগদবা লৈতে।

কৈরেন— হৈ, খঙগনি। সামু ! ঈসিং:দা মচৈন ময় মক্তদা লৈবাক্তা লিরি-লিরি হৈংথৌহৈ— (সামুনা হৈ। থকনিঙবনা ডাউই,) হাউইদনা ঈসিং অদো হৈরকখিগে, খুম্মুনে।

সামু— বাবু ঈসিং লৈত্রে।

কৈরেন— নঙগীদা নঙনা চাউই, ঐগীদা ঐনা লুখাক পিজবা ঙম্মি। নিঙথিনা হায়রিঙৈসিদা ইতুং ইলহৌ। (থংদোন্না মঙক্তা থমহুনা)

শরৎ— হঁ-হঁ হঁ থৌরাইগা হকচাংগা তেঙাম্না তাপ্রবমু ঐনা নঙগী তুইগদবা নত্তে। অদুগী মহুত্তা নঙনা ঐগী ইতুং ইনগদবনি।

কৈরেন— নিঙথিনা হায়বা ইন্দ্রগা ঐগী তেঙ্গোলগী চিঙাক ভাব ত রেদনা—।

শরৎ— হঁ হঁ-হঁ।

কৈরেন— সামু ফুহৈ, মউনসে খোকউ। (কুই.-শরৎ লেকথখি)

শরৎ— ইমা ! ইমা ! ইমা !

কৈরেন— সামু ! ময়াম কৌরকউ মীথিবোঙ অসি ঙসি লোইসিনবা মুম্বিৎনি।

সামু— কনি হিদাক পুরকউ, মুঙাইসি। (চঙথি, হিদাক্তা চিংবা পাত্র ময়াম পুহনা লাকই) ময়াম মরি মরি চঙলকই, কম্নৈ।

কৈরেন— ময়াম ! হিদাক থকসি। থকপা লোইরবগী মতুং মঙক কক্তুনা মসা অসি পাংতিংহনা মুংসাদা কৌগদৌরিবনি।

খোকচাও— মসাসি লংজানা সেং-সেঙনা চাসমু।

সামু— বাঃ হিদাকসিদি ! (লিক্লি চুম্নি অমনা মনম নম্মি)

কৈরেন— হৈরো, কৈদৌরে, অমনা চানবদো য়েল্লো। (কৈরেন থক্কে)

সামু— থক্লসি। (সামুনা হৈ)

কৈজাও— ময়াম চাং অমদি পেম্রে, মুঙাইরে।

কৈরেন— মমা ওক্কবী থিবা, মীরৈহৎ অমগম্ভ লাকখিনি। মহু হান্না— লোহসিননিংবনিদা।

সামু— উপুসিবু লেঙ ওংখিদ্রে, মমাহুবু লেঙ ওংখিদ্রে।

কৈরেন — নাহেথোল ভায় ( চণ্ডসিন্দুনা ) সিদ্রি,-সিসহু। ( তাঞ্জাসি ময়াম ঙাউনরে। তাল্লকসিদা সনাহনবী অরোম্বা সক্রোন্দা গীতায় অমা পায় ব্যেগ অমা খান্ নিপাগী ফীজেত্তা চণ্ডলকই )

সনা— নমস্তে তাচৌ! ময়াম পুন্নমক নমস্তে!

থোকচাও— ক-না-ম্নো! ( করেম্মনা )

সনা— নচন লৌনম্বীনি, লৌনম্বীনি তাচৌ— ( সামুনা ফুগে তৌই )

কৈরেন— ঙাইখো। লৌনম্বী! ( ঙকচান্নন। ) লৌনম্বী হায়বদি?

সনা— খঙবিরেরোই! তাগৌখোয়দি মুঙাইনা লৈশ্ববনিনা লাইরবী তোল্লবী নচনবুদি কদায়দগী নিঙসিংবদা থোক্লগদগে। ( কপ্পি,— ময়াম মুম্না ম্নেংনৈ )

কৈরেন— ঙাইখোনে, ঐবু ভাব অমা তাদ্রেনে।

লৌনম্বী— কদায়দগী ভাব তারগদগে ( কপ্পি ) চহি তম্না কাদ্রি, ঐখোয়না তখেলদা হোংবহুবু। মুঙাইবা মচানা অম্নাবা কাউবোইরে।

কৈরেন — সামু, কিদা থাউনে নোংবাম্না হায়রং হায়রং থাই )

সনা— তাচৌ করে, ফমজররোই ঐ চৎচরগে ( চৎপা হৌই ময়াম থামনিংঙি )

কৈরেন — ঙাইখো, কমখো, ম্না হংগেনে।

সনা - মচনবু কাউবসি ঐদি তমপনি থাচৌদা।

কৈরেন— খাচৌ (শুক্লা) ভাষ তারে নঙনা খাচৌ পল্লকপদা—, তাচৌ খঙলে। নত্তেনে নঙবু হৌজিক করি থবক তৌরি। ঐ সিদা লৈ করমনা খঙতি।

সনা— ঐ মণিপুরদগী হুঞ্জরকপনি ছুটি লৌহনা তাগৌ থিবদ' চয়োল অমা চঙলে। য়ামনা লু'গা ইবুং অমনা তাকপিরকপদগী মখিং চৎলবা তাচৌবু উন্নবা ফংজবনি।

কৈরেন— ঐবু সিন থুংনা ফাউরবা! বা ঃ—

লৌনম্বী— এঃ কনানো! (য়ে'সুবদা) তৌরিবা মতৌসিদি করি মতৌ কৌই হায়রগে—! ও ঃ য়ারয়ন্নিদা—।

কৈরেন— নবুংগী সান্নপোৎনি।

লৌনম্বী— হায়বদি!

কৈরেন— য়েক্লবা। ঐগী ইখক্তা সিঙনরকপা মপুক চুমদবা সানি। ঙৈহাক্তী ভুংদা মসাগা মকোক্তা তোঙান-তোঙান তারগদবনি।

লৌনম্বী— ও— সে'য়ী! ত'চৌগী য়েক্লবা ওইরেসে। নথৌরাংগীনি, নঙগুম্বনস্তু তাচৌগী য়েক্লবা ওইজবা সারি। হুঁ-হুঁ-হুঁ— য়েংগেনে নসক্তো (চঙসিল্লি) সক্তা অসিনস্তু ঐনা সিরিবা থৌরানমিচাক সিগুম্বাকা সিজবা সারি। (ময়াম মরাং মর'ংতি)

কৈরেন— তৌরুম্ইবুং য়া হংগে সিদালাউ! নঙ করি থবক তৌরি হায়বা?

লৌনম্বী— ঈসৈগী রেডিও আর্টিস অমা ওইনা লৈজরি। (কপ্পি)

মো'বান— আর্টিসনি হায়বা! মত্তাচারে ঈসৈ অমতংহুম তাসিদনা!

সামু— ইচনগী মি-য়-বা খোঞ্জেলদো তাজনিংগ্রেদা।

থোকচাও— উমংসিদা লৈভৈদগী কুইরেদা— রেডিও, মাইকী মখোল তারক্তবসি।

কৈজাউ— অচুম্বনি তাজনিংহনা হায়জবনি।

সনা— ঐবু, ওনথোকপা মতমসিদা—

কৈরেন— সকউ! ঐখেগী ইরক্ক্না সকনিংদরনে।

সনা— অহুদি সকচয়গে ( ব্যোগতগী চুরুট পুথোরক্তুনা মরামদা য়েল্লি ) সে! অসি অমমমতং পায়বিউ ইক্ক লদা অনৌবা পুথোকপনি। ষ্টার কোম্প্যানী সিগারেট হাংনা মখিং চংলি। থকপিউ মহাউ য়েংবিউ। থকপা য়বনি ঐখোয় লৈবাকী ইগুল্লি চাউথংলবনি। ( মৈখেং খেংনি )

সামু— হাউরেদা মসিদি — ( কয়া কয় ক্লিংস্নিল্লি )

থোবচউ— থোইথুমনৈ সিদি — ( সাগুনা কামথোকই )

নো'বান — ওহো'ক্কা হুংসিনা হাউরে হায়বা—

কৈরেন— চুম্মি চাং অমা হাওই— ( কম্মা য়োংলুরগা ) ঈশৈদি কৈদৌরে—

দৌনশ্বী— সকচয়গে ত'চৌ, অহাবদা — ঐনা সিরিবা ষ্টারসিদা থাহুনা সকচগে ( গীতার কোয়না সক্লকই )

( ঈশৈ — ) ঐগী থৌরানমিচাক—

নওবু সাখিবদা

রাগী কয়ানা মৈখিবা

রারিদো গুদিনু লীরি

নঙান্বা ত উরবী

মৈরাবীগী থম্মোয়দা।

উমং স্নুংদা চঙলনু

দালান থক্তা লৈরনু

কুগাইনা সাংলি

নঙ-ঐগী সকথঙলৈ

লৈসাং অম্নো—

সুমহৎলো তাইবং।

হে:— ঐগী থৌরানমিচাক।

নোংবান— বাঃ! বঃ (সক্রিভৈদা অমনা কোনগে তৌই। অমনা নিপাদ্রদ র‍্যাম্রি। খরনা ভাল খাচ লোইত্রিভৈদা মথং মথং ভাউদ্রনা ভুনখী)
কৈজাও কাইন-কাইল! অর্থ হৈ
সাত্মু— কৈ, মুভাই-সকউ।

কৈরেন— হৈ! লৌনম্বী! তেঁওম্বী! (লাউয়কই) নাংগী কত্রবা নমখাঙী মিত্রং— হুঁ হুঁ ঐ ভাউদে, নঙগী পঙনবগী নিসা রাউবা সিপ্পারেইব্রা ঐ ভাউহনবা তক্লোই— (চোংসিনগে তৌই— মাওলোমদা ভুমকই. লৌনম্বীনা খংঙক ও ভুনা লোনো খকইন্ ইনখী। কৈরেন লোংনা ভাখী)
লৌনম্বী— খঙলবরা সা— (শরৎ পুল্লিবা-থৌরি ককথংলি, কৈজাউ ষ্টার উংদি খংখি) খুরমজরি (ষ্টার উংলি) ঐহাকপু খঙবিবরা?
শরৎ— ষ্টারনদি ঐখোংগী মীনি ত:কই অহুবু সকমক্তি খঙজক্রে লৌনম্বী—!
সনা— ঐ লৌনম্বী নচ্চদে— মুংহোংখবী নচন সনাহনবীনী।
শরৎ— সনাহনবী! (খুং লৌক্তে)
সনা— তামো! অসি চাবিয়ু হকচাং তেখংনবা হিংগাকনি। (শরৎনা লৌহনা উম্মী) (কৈরেন তম্না চেংসিনলি। শরৎনা চিংহনা পুখি) (চাংলেন চেক্লকই। কৈজউ কৌগংলি। উপু তম্না চেনসিল্লি। লেংখোংনাই)
চাংলেন— ইমা-মচাবা লানবা ওাক্তনি নচাবু ভাকপিয়ু। (কৈজউমা কৈরেন হাংকে তৌবদা মখুলাং কারগা)
চাংলেন— ভাইখো ইখো হাংলি, শরৎভি কদাই!
কৈজাও— সনাহনবীগা চংলে। মহাক্লা চাইরবা উংনা তাহনা লৈরিবা মক্লাগসিনি।
চাংলেন— অহুদি চংলসি। ইমা লাইকয়রকখিসি।
কৈজাও— চংয়সি—। (চংখিরখি)

তরাতরুকস্তুবা

## উমং

( সনাহনবী শরৎনা সমলকই। রানা লাকই )

সনা— করাম রাংলিবগে য়ৌপদবা! ঐ য়াম্না রারে! মীং অসি উসিল্লক্নে ঐ চৎপা শুরেরোই। ( কযথৈ )

শরৎ— য়ামদ্রে-সনা—! তু— আদ উরে। হৌগৎলা লাপত্রে।

সন — য়ামদ্রে লাপদ্রে, অস্থুমনা করানি স্থবা, কয়ানি রাংলি! ঐ চৎপা শুমদ্রে।

শরৎ— থাগু! থাগুবা কন্নুনে সনাহনবী! মীতৈ মুপ্পীগী মরিলনর অস্তুক সোন্থবা।

সনা— লৈহাউ য়াউত্রবা লমদমদা কন্থা-হৈরাং লৈয়াংনা হরাউ তয়ামবা লৈশাং তম্বা উবিরবগে? ( চৎখিরৈ )

শরৎ— রাকম অদো লাম্ব কংদ্রে সনাহনবী। হ ময়ু বনিঙ থুংদবা কন্নি য়াউই। পুল্লিগী লম্বীদা মহাক্না খোঙলোই ওইগদৌরিবনি।

সনা— থৌরাংবনা ডাউরবা ঐগী মরিচিকানি নহাক্কী!

শরৎ— অচুম্বনি, মায়া মরিচিকাদো ঐ মক্সি।

সনা— ও:—! ঐ কেক অমি ডাউবে! কন্নি মতৌনো ইস্—( তুখি )

শরৎ— কন্নিনো ঐনা তৌগদবসে ( কোনথংলি )

সনা— ঈসিং! ঈসিং থক্সিক্কা থকচগে, থৌরাংবনা থৌরিসি কংশ্রে।

শরৎ— অহৃদি— ঐ ঈসিং লৌরুখিগে। ( চৎলি, থুদিখি ) ও:— কন্নি থোক্লগবা—! ( চৎখি )

সনা— সা, কৈন', থল্লবা য়েল্লবনা কোয়প্পব. মকমসিদা ঐবু— কুইনা লংথোকপিগনুকো—

কম্বিনো ! মখোল -াইনা ! ঐবু কবি থোক্লগবা ! ( অরাপ্পদগী বান্নী সাবা মখোল তায় )

অহাম্বা— মাম্নি । অ'দ— ইসাং সাংনা তারিবসি মীনি ।

২স্থবা— চুম্মি । মী মাল্লি ।

অহাম্বা— অসিনি মুপিনী মুপি অহুনি ।

২স্থগা— সোয়ক্সে থিল্লগু, সমজি খাইহুনা থংচিনসি । ( কৈরেনগী খুৎ থুংলৈ )

কৈরেন— হৈ তৌওবী ! হোগংনু ! তুমসিন্নহুনা লৈবা সান্নি ( চিংখৎলি )

সনা— সোকনু লমচং নাইদবাসা— ! ( থাংনা থিল্লি অতেপ্পনা থাং কাথি )

কৈরেন— কমদৌই— হাঁ-হাঁ হাঁ নওগুম্বনসু ঐগী লোইরং-সিংথোং— পুখো চংলু মীহাৎকমদা— । ( চিংহুনা পুখি । কৈরেন সিগারেট চমহুনা লৈহৌই )

অরাপ্পদগী— লৈরম্মু কনা কনানো ! নথন্নাই লৌগে । ( লাউরকই )

কৈরেন— নওনি, ঙাইরিবসি, লাকউ । ( মাইয়োক্নৈ শরৎ থুংলৈ )

শরত— নও, মকমসিদা মুক !

কৈরেন— নতিক লৈরগা চওসিল্লকউ ।

শরত— চেনগনু । ( য়াম্নৈ—, থিনৈ, শরৎনা লাকচরে, মথক্তা কমহুনা থাংনা থিনগে তৌই )

কৈরেন— শরৎ ঐনা লানথে । পুন্নমক ঐনা লাববা ঙাকনি । ঐবু অমুক্তা ঙাকপিয়ু ।

শরৎ— তুমিন লৈয়ু চিম্বিবা ! ঐনা নওবু কনুৰ — হাঁ-হাঁ-হাঁ ( থাল্লা নোকই ) কাওথাদা চওবা লিনবু কম্বা হাঁ-হাঁ হাঁ— ।

নপুক চুমদবা নখোয়সি— খুন্নাইসিগী য়েক্লবনি, মালেমসে লৈরবনি— সিজখরো ( থাংনা থিল্লি ) সমাহনবী ! নবুং লাক্লে— কদোমদনো ঐনা চৎকগদবা—!

কৈরেন— আঃ— অঃ— আ— ঐগী মতম লোই-র-বা। অ—

( শিবা )

শরৎ— সোমদনি তারিবসি— ( মুপীগী মখোল তাই ) ঙৈহাক্তা খাঙলমখো নবুং লাক্লে—( চেনগে ত্তৌই, নোংমৈ মখোল তার শরৎতা পাল্লি ) ওঃ— করিনো ত্তৌরিবা মতৌসিবু ! ( অসোকপা মফৈ পায়সিল্লা চেল্লি। তুই ) ওঃ— নবুং লাক্লে ( হৌগত্তুনা চেনগে-ত্তৌবদা মথবাক্তা অমমুক পাল্লি ) ইমা— ! ইমাগী সেবা মতোন লোম্মু তম্নমত্রবোই, ইমা— ইমা— নচা চৎচরে ইমা ( নৈহনা খাঙজি। অমুক্তং রানা উপখি )

সনা— তামো ! তামো ! নচন লাকএ, কৈদৌরে হিল্লিবদি— ! ( কোনখৎলুবদা মথবাক্তা ঈগী 'ঈ' ঙাক্তা ) ও— 'ঈ' সিদি। তামো। করিমত্তৌনো ত্তৌরিবসিদি—ঃ তামো— ঃ

শরৎ— সনা-হ-নবী— ( রানা ) হৌরকপা নহ'রোলগীদমক্তা নঙ লৈহৌরিদো অচুম্বা-অসেংবা পুকচেল মামবা লম্বীদা নঙনা লমজিংহনা পুরকউকে। ! হন্দোকলমলেদো লৈজবা পুম্বা নঙনা মাঙদনবতদি যেংসিল্লম্মু। নঙ-গী অপাম্ব মুংসিবদো খুন্নাই সিগী থৌগল ত্তৌবনা নিঙবা থুংবা সক্লসি। ঐদি হাল-লম্ লগে— ঐ-চৎ-লে।

ঐগী মাইক লীক্লাং নঙোন্দা সিনি। ( রানা সিজিম্বীরপা সিরে )

সনা — তামো ! তামো ! ঐবু মমবা সংসারসিদা, ঐবু ইত্তোমত্তা করম্মা লেম্লুগে— ( কপ্পি— অরাপ্পদগী লাউরকই )

মমুংদগী— চেয়ু—, চেনখোদনা কহিগী চেন্ত্রি ! হাঁ-হাঁ-হাঁ করিগী লোৎখোদনা।

সনা— সাসিংসে লাক্লে ! লাকউ, কৈ খঙগনি ( কন্সটেবলনা মাংখান চেনসিল্লকই, সনানা থাংন থিল্লি। ইবোবী শরত্তা মোংমৈ চিংলি ) কমদোই লমচৎ নাইদবা সা—

কন্সটেবল— উঃ— ঐয়ো-ইমা-ঐ-সিরে। ও— ( লেকথখী )

ইবোবী— শরৎ নিসিদি ! ওঃ— ( মখুত্তগী মোংমৈ তাখি )

( লৈথোক্লরকপদা ইবোবী সনা— মাইয়োক্লে )

সনা— খুরা ! ( থাং তাখি )

ইবোবী— সনাহনবী ! ঐবুম্ন হাৎলু মিহাৎপা ঐবু হাৎলুনে।

সনা— নচাদা কাপ্প ! ঐ মীহাৎপিনি ( মোংমৈ খুনগত্তুনা ), স—, সিনা কাপ্লো ( পি, লৌদে ),

ইবোবী— নত্তে, ওন্নরে, ইথৌ মরৈ মুন্না মসক খঙদ্রিবা ঐ, ওন্নরে — সে— ঐগী ইথৌ পাংথোক্লগে ( মোংমৈ মচিন মসা মসাদা ওন্নদগী মুক্লে। চৈংলেন থুংলৈ )

সনা— নত্তে-নত্তে ! ইত্তোমত্তা !

চৌংলেন— শরৎ ! নঙগী মরুপ লাক্লে সরৎ ! করিনো তৌরম্লিবসি মামচৌ !

ইবোবী— নোম্লবগী মহৈ মাম্রবা নোরে কসিদা নঙন্থ

চৌংলেন— উঃ 'ঈ' সিদি— শরৎ ! নহাক ! — শরৎ, সি-র-বা ( কোল্লি ) হৌজিকী, ঙৈহাক মুঙাইনবত্তা খন্দুনা লেল্লিবা ঐখোয়গী ইরকগী নহাক হল্লবা— শরৎ সিরবা। ( হৌগত্তুনা লাউই ) নত্তে-নত্তে, শরৎ হিংলি। অসিবদি ঐখোয়সিনি ; ঐখোয়সিনি— । শরৎ হিংলি অসিবদি ঐখোয়সিনি।

( কি-জন্‌ং তৌগনবা হায়রিখি )

